


# কোঙকোকপা.

কুমারী গীতাবলী দেবী

ছাপা নক্ষম
পেরেডাইজ পব্লিশিং হাউস
পাওনা রোড, ইম্ফাল



অহানবা নবা, আগষ্ট ১৯৬৮
লাইরিক মশীং ১০০০

[illegible] লুঃ ২.৫০

## অহানবা পন্দুপ

অয়িংবা চীং-লৈবাক উখ্রুলদা অমুক্তা নুংশা ওয়া থোকপদি নুঙাইবগী মথক্তা য়ায়নন্থ কৈজে। লাপখ্রবা মিৎ-তামখ্রবা গুনদ্রংগী ইপাক অমদগী নুমিৎনা মশেক লিশিং লথাগা লোইননা ফন চোং-থংলকপা উবদা চীংমাইদা অমসুং উমং ময়ক্তা লৈরবা লৈচিনশিংনা মীনা ভাল্লকপদা কিনা কোইচেন কোইচেন চেনবগুম পাইরি। ওয়াং অহিংগী অমম্বগী অরাবগা ওসি অমুকী নুংশা কংবদা নুংঙাইবগা অয়া-নুঙাই য়ায়বগী পি উপালশিংনা লিক্লা ওইনা পোপ পোপ শিম্বুরি। অচুগুম্বা নুঙাইরবা ওসি নোংমাইজিং নুমিৎকী অমুক্তম্ন সুরজিৎনা মহাকী লাইরিক পানবা কাদা ফমদুনা মিচুৎ-থোংগী অহোবদা উখ্রুলগী কজবা য়েংলি। সুরজিৎ উখ্রুল হাইস্কুলগী হেড মাষ্টরনি। চহি মতাংদি পাথং ময়ক্তা তিয়ে মরাবা অহন্নোন ময়ক্তা তিয়ে মরাবা চহি কুম্ভ্রা চপচানা ওরে। মানা ফম্লিবা কা অতুদা ছবি অনি থেংলি —অমনা যীশু খ্রষ্টবু পাংতিংদুনা হাৎপগী ছবি, অমনা গান্ধীবু নাথুরাম্না গোংথৈনা কাপ্পুনা হাৎপগী ছবি। মপানলোমদা য়েংলম্বদগী মমাই লৈশিল্লকপদা ছবি অতুদা য়মিৎ ভাই। ছবি অনীগু য়েংন য়েংনা মবুকনিংদা য়াথল অসি পোক্লকই:—

"গুসি চাওখৎলে হাইরিবা সভ্য ওইরবা মীওইশিংনা ফাওবা মখোই মশেলগী মরক্তা শাগৈগী পল, ঈগী পল, ধর্ম্মগী পল, কুচুগী পল— পল ময়াম অমা য়াংন-য়াংনা খাগত্তুনা, পলশিং অদুনা খাঞ্জিনখিদুনা মীগী মশক উখিল্লে, মীওইবা পুম্বা অমত্তনি হাইনা খনবা, উবা ঙমখিল্লে; অদুগা অমরোমদনা মখোইবু ফননবতা তৌরকপা মীবুনা মীওইবনা তত্তনা হাত্তুনা লাক্লি। অসিগুম্বা মীওইবসিদু খাজখিসিরা খাজদবনা চুম্লব্রা ?"

গুহাক ত্তুমিন লৈরগা মানা অমুক খল্লকই:—

"ঐনা চীং-তম সুংশিননবা থবক খরা পাইখৎকে হাইনা নিং-লকপা মতম অসিদা ঐগোন্দা রাখল অসি পোক্লকইবা করিগীনো। মীওইববু খাজদ্রবদি মীওইবৈ মপোক্কী অর্থ লৈতে।" সুরজিৎনা অসুম তৌনা রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লিঙৈগী মতমদা ইশাবেল বা অদুদা চংলকই। খিক লাওনা হাইফেৎ নোক্লগা মমাই লুকথে, মমিং শাকটিনা সুরজিৎলোমদা য়েংলগা হাইরকই,

"গুড মোর্নিং সার"

সুরজিৎ গুহাক ত্তিগুক-য়ুগুক চাই। সুগাইতবা রাখল খল্লি-ঙৈদা শুগাইরবা পাও অমা তাবগুম মথন্নাই হরাওনা নোকফেৎ তৌনা মুন্না ইশাবেলবু য়েংলগা খুমলকই,

'গুড মোর্নিং ইশাবেল, কম্মু।'

মজাং অসিদা ইশাবেল কনানো হাইবা শমলপ্পা অমুক্তা তাক-

হৌগে। মহাক উখ্‌লগী শিরেহি হাইবা খুন্দা পোকপা উখ্‌ল হাই-স্কুলদা মেট্রিক ক্লাশদা তম্লিবা চহি তরানিপাল চংলকলবি তাংখুল লৈশাবিনি। উখ্‌ল খুঙ্গাওদা মমাগা পোকমিন্নবা মাগী মামগী য়ুমদা লৈত্তুনা লাইরিক তম্লি। কুচু ঈ-থাংনা ঙৌই, মরেপকা মঙানগা মরেপ্পা থরা ঙম্মি। মনাতোন তুমতক তৌই, মহাক্কী তোংতক, শাং-তক, লাওতক, পাতক তৌবা য়ুরবা পিশুম অনিনা কোইতক্লা থল্লিবা মমিৎ অনি অতু য়েংবদা পেনবা নাইদবা য়েংনিংতুনতা লৈবা মিত্তানি। মহাক্কী শক-ওং পুল্লপ্পা পুনশিল্লগা ইশাবেল অসি শক-কজবা-শিংদা চনবা য়াবা নুপীমচানি। মানা ঙসি সুরজিৎকী ময়ুমদা লাক্লিবসি করি মরমগীনো হাইবা মাসু থংদে। সুরজিৎপু উনিংবগী মবুক্লিংগী থাম্বা ঙমদ্রবা অকনবা থৌইনশিন অমনা মথোংদু চিংতুনা লাকহন-বোইনা তৌই। হৌখিবা মুমিৎ কয়ানিমরুম অসি মতম পুম্নমক্তা মমিত্তা সুরজিৎপু য়াম্না তোইনা উই, মবুকনিংদা মাবুদা থল্লি। মেট্রিক্কী টেষ্ট পরীক্ষা লোইরে, মতুং অসিদা স্কুলদা অমুক কাররোইদ-বনি; অতুগী ওঝাবু নিংশিংলিব্রা! ওঝা অতৈবুদি নিংশিংদানা সুরজিৎপু নিংশিংলিবদি করিগীনো? সুরজিৎকী নারৈ-নাতা, মিৎ-য়েং নাকয়েং মাঙোন্দা নহালমথৈ উৎলকপা কয়ামরুমদগী মানা থাজে মাতুদি সুরজিৎনা মাবু মরম লৈতনা লাকই হাইনা করিসু শাওরক-ওই।

ইশাবেল চৌকি অমদা ফমথে। সুরজিৎনা ইশাবেলগী মমাই অতুবু ওমর খয়ামগী অপাম নুংশিসী শৈরেংগী লামাই অমা পুকনিং

লুপ্পা প্যবগুম মুন্না সুংশিনা থোরাংনা য়েংভুনা লৈ। ইশাবেলনা য়েং-খংলকপদা মিংকা মিংকা থেংনৈ; হাইকেং হাইকেং নোক নৈ। থবক লৈভনা থবক শারভুনা ইশাবেলনা হংলকই,

"ওঝা ঐখোইগী পরীক্ষা কদৌঙেনো?"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"নোটিশ তৌরবদাইনে, মার্চকী তারিখ তরাদনি।"

লাইরিক কন্না পাও।"

ইশাবেলনা অমুক হংলকই,

"ওঝা ঐবু মৈতৈ ওনবা য়ারোইদ্রা?"

সুরজিৎনা ফাগী তৌরকই,

"মৈতৈ ওংগে হাইদ্রা ওনগে হাইদ্রাও?"

ইশাবেলনা থিক লাওনা নোক্কুনা খুম্নকই,

"অনিমকসু ওইবা য়াই ওঝা!"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"ধর্ম্ম পাক-পাক ওনবা চুমদে ইশাবেল।"

ইশাবেলনা হাইরকই,

"মৈতৈদা ময়ুম পানখিবা তাংখুল সুপীশিং মৈতৈগী ধর্ম্ম লৌখিবসিদি কমদৌই ওঝা?"

সুরজিৎনা ইশাবেলদা য়েংভুনা মিংচিনা নোককেং তৌরগা "নংদি মৈতৈদা য়ুমদি পান্দ্রি" হাইরকই।

ইশাবেলনা হংলকই,

"করম্বনা হানগদগে ওঝা, মৈতৈ ওনবনা হানগত্রা মৈতৈদা ওংবনা হানগত্রা ?"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"ইয়া য়াই, লোনা লৈনগদবা অ.নিঠু মবুক থংনরগা লোয়ইরে।"

অমুকা মানা নোংশিল্লকই, "অতুগা ইশাবেল মীগী য়াদি থংদে, ঐখোন্দদি থর্ম্ম ওনবগী করিস্থু কাম্নবা লৈতে হাইনা থল্লি, থম্মোইগা থম্মোইগা লৈপুন ওইবনা মরুনি।"

ইশাবেলনা সুরজিত্তা মুম্না মুংশিনা য়েংলগা নোকক্লেং তৌনা হাইরকই,

"মীগী থম্মোইসিনা য়া থজিক্তুং ঙাংথোকপিরক্রবদি মুঙাইদোবু— !"

অদু হাইরগা মমাই লৈথোকখিবদা উইলিয়ম মপাল্লোম্মদগী কা অদুদা চংলকপা উদুনা মুক হোগত্নুনা "ওঝা ঐ চচরগে" হাইরগা চংখ্রে। উইলিয়ম্না ইশাবেলবু তুং ওইনা ওহাক মুম্না য়েংলগা সুরজিৎলোমদা ওনশিল্লক্লুনা হাইরকই,

"গুড মোর্নিং সার।"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"গুড মোর্নিং মিষ্টর উইলিয়ম, কম্মু কম্রি থবক লৈবগে ?"

মিষ্টর উইলিয়ম মশক-মতৌ ককবা, ইনাক কৈয়াক খুলবা শাংগে-ঙাই চাওবা, উথ্রূল খুজাওদা বাইল-হম্না মুংঙাই-য়াইকনা পান্নিবা ভাংখুল গ্রেজুয়েং অমনি। চহি ক্ষুনম্মরি শুরে। উথ্রূল বাইক্ষুলদা সুরজিৎকী মথাদা ওঝা ওইরি। মহাক ইশাবেলবু য়াম্না পামজবা

নিপানি। থোইচং য়াংচংনবা লিচংকা লোইননা কনাবুম্নু উশিত্তানা ভাঙ্গা চাবা খুদিংদা ইশাবেলগী মতুংদা মীনা পাম্মি থংদে, পামদে থংদে মমিগুম্না ইন্দুনা লৈরিবনি। মোইরাংগী য়ারি তারবা কাগী তৌগনবা উখুল পাথংশিংনা মাবু উখুল নোংবান কৌনৈ। ইতিহাসকী নোংবান্দি লৈরম্মিগদরা থংদে, পেনা শকপা ওঝা হৈত্রজম তোনাগী নোংবান্দি উইলিয়মদা চপ-চানা লৈ। ইশাবেলনা সুরজিৎকী য়ুমদা চংখিবা উদ্ধুনা মাম্নু লাপ্তুন্না ইন্নরকপনি। উইলিয়মনা চৌকিদা ফমথরগা হংলকই,

"ওঝা ইশাবেল কৈদোবা লাক্লম্মিবনো?"

সুরজিৎনা খুম্মি, "পল্লিকাগী সুমিৎ হংবা লাক্লম্বনি।"

উইলিয়মনা চিংননা হাইরকই, "নোটিশ তৌদ্রুনা লৈরববু করিগী—!"

সুরজিৎনা ইশাবেলবু কনথৎপিবা ওইনা খুম্মি, "শোইত্রবরা হংজররিবনিদনা।"

সুরজিৎকী চাপ্রাসী পুন্সিনা চা কপ অহুম পুশিন্দুনা চংলকই। ইশাবেল লৈরমত্রতুনা অনি থনয়গা অর্মদি মানা থক্লনবা পুতুনা থোকখি। পুন্সি খৃষ্টান ধর্ম্ম চত্রিবা তোল্লোই খুন্দা লৈবা য়াম্না মথুকচেন তিংবা অচুম্বা ভাংখুল নিপানি। চহি নিকু মঙ্গা শুরে। খুদী[illegible] খিক্সমবদগী শিখিত্তুনা হৌজিক পাখ্রা ওইত্তুনা লৈমি। কুম্রিং থোংত্রাওদি শেৎলে হায়রবু শমকাক্লি হায়গী তৌরি। খুদী অমুক "নিকু "খাইনবদা হায়রদোনা শিখিত্তুনা তোকত্রা খাইনা কিত্তুনা নিযুম্নাত্রিবনি হায়নৈ। সুরজিৎপু য়াম্না নিংই। সুরজিৎনম্ন

মাবু তাদ পুন্সি হাইনা য়াম্না লুনা তৌই। পুন্সিন সুরজিৎপু অসুক্কী মতিক থাজে মাদুদি লাইনা হাইবদি অয়ানবা ওইরম্না য়াই অদুগা সুরজিৎনা হাইরবদি শোইদনা চুম্লম্মনি হাইনা লৌই। সুরজিৎনসু পুন্সিদা করিগুম্বা য়া অমা পোৎ অমা শিন্নবদা মানা কদৌবেঁদসু নমথাক তৌরোই হাইনা থাজে। অসুম চান্নবা মবান্নি লৈমিম্মে।

চা থক্ল-থক্লা উইলিয়ম্না হংলকই,

"ঐনা হাইকেৎ তাহৌববু, ওক্বা, মাবু হিন্দু ধর্ম্মদা ওনগেককা হাইরম্বা?"

সুরজিৎনা য়া তেনশিন্নবা খুম্মি,

'ঐনা য়াখিদে।"

উইলিয়ম্না মথন্নাইনদি—সুরজিৎপু উথ্‌লদা লৈহন্নিংদবা অদুগী পুকচেল্দুদি থুগ্গুনা থম্নগা সুরজিৎকী ফনবা শাদুনা হাইরকই,

"নাগা লালহৌবশিংনা তেঁরকইবা ইরাং অসিদা ওক্বাখোইবু ইস্কালদা চৎখিবনবু কত্রা!"

সুরজিৎনা খুম্মকই,

'মখোইদা করিসু লান্নুদনা ঐঙোন্দা কৈদৌরগবনো, মিস্টর উইলিয়ম!'

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"ওক্বা, নহাক অমনম্মি কাইরমদবা য়াই, অদুগা মৈতৈ হাইবা জাৎ অসিনদি চীংমী ঐখোয়বু ওম্মোকনা হম্মনা য়েংখ্রেদো"

সুম্নজিৎ থর ইকাইরপ তৌনা খুম্মি,

"মাদুগীদমক্তা নখোইগী নম্নক্তা হৈদুনা ঐ প্রায়শ্চিৎ তৌগে নিংলিবনি। অদুগা মিস্টর উইলিয়ম, মীওইবগী ময়ালম্মি সুংখিবা

লম্বীদা শেংদোকনবা হোৎনরবদি মতুংদা কৈ, লমন খুমদুনা শেংদোকনবা হোৎনরবদি মতুং কাওবা শুংশিনদে।"

উইলিয়মনা হাইরকই,

"লাল্লুবা মীনা মথন্নাই রাগদবনি ওবা।"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"চুম্মি মিষ্টর উইলিয়ম অদুগা নত্তোন্দা অসিমসু হাইগে মৈতৈগী নহারোল মরক্তা মাসিগী রাথলসি য়াম্না খল্লবনি, খাইনগী নত্রে"

উইলিয়মনা হাইরকই,

"হৌজিক খল্লুনা কৈদৌনি ওবা, মতম হেনখ্রে, হোৎনবা পুন্নমক অরেম্বা তাগনি। চীংমীসু মমিৎ পাংলবনি।"

সুরজিৎনা খুম্লকই,

"মিষ্টর উইলিয়ম, জাতি অমা সমাজ অমগী পুক্নিবদি চহি থরদনা শাদে। চুম্নগী শক-চু মান্নবদা মত্তুনা মকম অমত্তদা লৈমিন্নবা অমসুং চীং-তমগী অর্থিক জীবন্দা কাইনবা য়াদবা মরি লৈবনা লৈহৌভেদগী পুন্নপ লৈরকপগুম মতম্না লোইবা কাওবা লৈমিন্ন-রগদবনি। অদুদবু চীং-তম কাইনবা য়াম্নিত্রাও। চীংমীনা মমিৎ পাংলকপদি য়াম্না কৈ। মখোইগী মশাগী অশেংবা মমিৎ পাং-লকপদুনি ঐখোইনা পাম্লিবা। অদুগা মখোইনা বৃটেনগী অমসুং আমেরিকাগী মমিৎনা মমিৎ শাদুনা পাংলকপদি মখোই ঐখোইগী কিজম পুন্নমক মরেক শেংনা উবা ঙম্লোই।"

উইলিয়মনা শাওনা মমাই ভাংনা হাইরকই,

"করিগী ওঝানা বৃটেনগী আমেরিকাগী রা অসিদা পুশিল্লক্লিবনো, ঐখোই ঐখোইগী রাদা ঙাংনসি।"

সুরজিৎনা খুল্লকই,

"চুপ্মি মিষ্টর উইলিয়ম, রা ঙাংবদা ঐনা হেল্লিনবনি। ফত্তবা নিপা অমনা শাগৈ পুন্নমক চেন্থ্ হাইবগুম মখোইগী ফত্তবা মী খরগী থৌদোদগী দেশ পম্মা ঙাংলুবনি। অদুগুম্বদুনা চীংমীনসু মৈতৈ ফত্তবা খরগী থৌদোদগী মৈতৈ পুন্নমকপু রারোরিদনা!"

উইলিয়মনা সুরজিৎকা য়েৎনরুত্তুনা কান্নবা পোৎ নত্তে মতম মাংনবনি খন্দুনা হাইরকই,

"ফরে ওঝা। ঐসু চচ্চরগ, মতমসি থেংজিল্লক্রমাল্লে।" সুরজিৎনা বিদায় পি, "ফরে মিষ্টর উইলিয়ম"

উইলিয়ম হৌগত্তুনা ব্যবহার উৎলমলগা চৎখ্রে।

# অনিশুবা পন্দুপ

উৎখুলদা লমকেৎ লমহাইনা পাল্লিবা মিষ্টর উইলিয়মগী মবুক্লিংদা য়াঙ্কা কননা থাজবা অমা লৈ। মাহুদি মুপী পুন্নমকনা মহাকপু পামলমগনি হাইবস্নিনি। ক'রিগীনো হাইকদা মুপীগী অক-নুঙাই পামজগনবা অশোনবা পুকচেনবু কাবা ঙম্বা শক, শেল শাগে মহাক্কী শুনা লৈ। মাগী থাজবসি কয়াযুক কনবগে হাইবদা মাগী অহল লমননা মুপী থিবিগে হাইবদা য়াদহুনা মানা খঙবা মুপী লৌনি হাইদুনা লৈরিবনি। অদুবু ঙসি কাওবদি মানা নিংবদা অমা লাইনা তম্বনা অমা ওইদুনা চৎলি। মহাক্না ইশাবেলগী মবুক্লিং মাঙোন্দা খজিক্কং ভানবা হাইদুনা হোৎনবসি ফনা কুইরে; মওং কয়া য়েংলে। করিগুম্বদা থবক ইরৈ লৈতনা ইশাবেলগী মমাংদা চপ লেপ্তুনা মুম্না য়েংহুনা লৈবা, করিগুম্বদনা ইশাবেলগী মতুং অচোপ অরেম থিদনা কোইনা ইনবা, করিগুম্বদস্থু মরম ইচা চাদনা ইশাবেলদা, ব্রা হেক ঙাং-লুবা—পুন্নমক অসিদা ইশাবেলগী মুংশি মুংওনগী করিগুম্বা ঈঙ্গীৎ অমতা ফংদহুনা মহাক্কী অকনবা থাজবসি মথৌ ইশং শঙ্গৎপদি য়াত্রি। মবুক্লিংদা নাপল হাইকেৎ য়াওদবা মতমদদি খল্লি মীওইবগী পুন্সিদা অসিগুম্বা ওনতৈনবসি কয়াস্থু থোক্লম্বা য়াই—অমনা পং-লিংদা লিংবা, অগনা লিংবিদ্রা। অহুগা অমুকস্থু খল্লি ইকাইথিবা

হাইবসি সুপীগী লৈতেংনি, ইশাবেলনু মাগী ফাংকী হৌনবি মগুন্দু-মদি লৈরমগনি। সুপীগী অরাবা ইকাই-থিগনবসি কোকপিবনা নিপাগী মথৌনি। অদুনদি ইশাবেলগী ইকাইবগী অরাবসি কোক-পিনবা ইশাবেল মশাদা হকথেংননা য়ুমজং-লোন হাইনবা চুরে হাইবসি উইলিয়মগী অহানবদা হাইখিবা থাজবা অদুগী মথংদা কম্না থাজরকপা অমা ওইরক্লে! হন্দক মরক অসিনা থর হেঞ্জিল্লকই। অদুনা মিষ্টর উইলিয়মনা সুমিদাং রাইরম অমা ইশাবেলনা লাইরিক ওরাইরিবৈডো মনাক্তা চংলকই। ইশাবেলনা ইফিং ফিংনা হোগত্তুনা হংই,

"করি থবক্কী ওইরবনো ওঝা?"

উইলিয়মনা হাইনিংবা রাদু পাক হাইবা ওমদদুনা হাইরকই, "এ....অসুম....নংগী লাইরিক লাইশু কমদৌরিগে য়েংগে লাকপনি।"

ইশাবেলনা চৌকি অমা থাদুনা উইলিয়মবু ফমহন্লে, মহাক্না মোরা অমদা ফম্নগা হাইরকই,

"খংজে ওঝা ঐনা পারিবসি কোর্স পুম্নমক্কি অনিরক হল্লে; অদুবু পরিক্ষা হাইবসিনদি তম্বা ওমদবনিনা............।"

উইলিয়মনা শকফম হঙ্গিনা হাইরকই,

"হোই, লাইরিক্কিনা লাইরিক্কী থোকপা হাইবদুনি, ইশাবেল, নংগী অচিনবা মতমদি ওইরে, অদুবু ঐ ওলিদি নংগী শকমদা ঐগী ইথুকনিং অসি ভিংথোক্কে লাক্লিবনি"

ইশাবেলনা হাইকেথ শাওনিংলা খুম্বি,

"ঐঙোন্দা ওঝাগী পুকনিং তিংথোকপগী করিসু মরম লৈতেনা।"

উইলিয়ম্স ইচং থোনা হাইরকই,

'নঙোন্দদি মরম লৈতবা য়াই ঐঙোন্দদি লৈ। ইশাবেল, নহালমখৈ অসুক কুইরবা অ'সগী মনুংদা ঐগী লিচং-শাজৎ য়াঙাং শাঙাংদগী নংবু ঐগী পুকনিংগী ক'রিগুম্বা ইঙ্গিৎ অমতা ফংদ্রিব্রা? ইকাইমু……………।"

ইশাবেলনা মখা তাহন্নি দ্রদুনা খর খোল বল্লপ্না হাইরকই'

"ফংদে, ফংসু ফংনিংদে। ওঝা, ঐদি পরিক্ষাগী চিনখৎবা মতম'সিদা— লেংবু লেংবনা ফরনিনে "

উইলিংম্সা ফুক হোৎত্তুনা ইশাবেলগী মখুৎ অদু পাইরগা য়া মখা তান ঙাংনগে নিংদুনা খোংকাপ অমা চংশিল্লক্তুনা মখুৎ অদু ইশাবেলগী মখুৎ তম্ন হেক তিংথোবকপা তাঞ্জাদা ইশাবেলগী মমাগা পোকশিন্নবা মামতু কাদুদা হেক চংলকই। ইশাবেলগী মামনা চং-লকপদু হেক উবদা উইলিয়ম্সা তিংথোক্লম্বা মখুত্তু মরাইবক লোমদা সেলাম তোবা ওইনা ফৎ হাইগৎলগা "গুড নাইট" হাইরল্লগা মপান খংথোক থোকখি। ইশাবেলগী মামনা মাগী ওঝানা ইশাবেলবু পরিক্ষাগীদমক লাইরিক তাকপিরম্লিমালে নিংহোই— "নংগী ওঝানা লাইরিক তাকপিরম্মিবোইরে, অদুনি কল্লা পাও, ইমৌসিদি, নংনা পাশ ওইরগা ঐগীসু ইমাই ওইগনৌরিবনি।"

উইলিংম্সা লম্বী চৎন-চৎনা থল্লি ইশাবেলনা মহাকপু তরাম তরাম তৌদবসি ইশাবেলনা মাবু মুংশিনদুনা তৌবা নত্তে, মহাকনা

মতম চাদনা পরিক্ষাগী চিন্নবা মতমদা চংউত্নুনা তৌবনি। অদুনা মানা ইশাবেলবু শাওদে মশা মথন্তদা দোষ পিজে। অদুগা অমুকস্মু খল্লি মুপী হাইবসিদি ইকাইথিবনা মখোইগী লৈতেংনি, মচিনবৈগুদদি শৌ শৌ লাওরগা মমৈদা য়াম্না হেক তেথরকপসি কনাগুম্বী মুপীনা তৌজগল্লি; ইশাবেলস্মু মাদুম তৌরম্বা য়াই। মাগোম্দা ফবা ব্রাকমদদা অস্মম খল্ল-খল্লনুনা লাকপদা উইলিয়মগা ছাত্র অনি-হুমগা সোরোক্লা থেংনৈ। ছাত্রশিংনুনা মাগোম্দা ব্যবহার উৎলি, মানস্মু ছাত্রশিংগী ব্যবহাবদু ওকই। ছাত্র অমনা হাইরকই।

"ওঝা উন্নবা য়াম্না ফরে, ঐখোইবু ইম্ফালদা ট্রান্সফার তৌবা য়ানবা খর হেড মাস্টবদা বিকোমেগু তৌবিয়ুনা ওঝা।"

উইলিয়ম্না হংলমই,

কন্নিগীনো, ইম্ফালদা চৎলগা নখোই মৈতৈমচাগা তিন্নদুনা য়ু থকপা তম্লুগেরা ?

ছাত্র অমনা খুম্নকই,

"ওঝা ঐখোই লাইরিক কয়া ওরাইগন্দবা জাৎসিদি অসিদা লৈরবদি মাংবা তারে, মেট্রিক য়োবা গুম্মরোই। অদুনা ঐখোই ইম্ফালদা চৎসি গুাংনরম্মিবনি"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"লাইরিক তম্বু ইম্ফালদস্মু অদুমগাই সিদস্মু অদুমগাই, মথং-মথং পাশ তৌরগা অদুম মরাইনা নখোইনা য়ৌনিংবদু য়ৌরক্নি"

ছাত্র অমনা হাইরকই,

"অদুবুদি ময়েক্লা ভাবিনিদনা ওঝা, অদু নত্তম্না, ইম্ফালদদি

পাশ ইতৌ ভৌদনা স্কুলদং হোংলগা চহি ৪দা মেট্রিক হেক্তা য়োঁই হাইয়ে; শোইত্রবনি। ঐখোই মরুপ মপাংশিং ইস্কালদগী মেট্রিক সার্টিফিকেৎ পাইবা য়াম্না লৈরে। কলিকাতাগুম্বা সহর অচৌবদনা অমুক হেন্না লাইখ্রে হাইয়ে, বি, এ, এম, এ, হেক্তা য়ৌবা য়াই হাইরিয়ে। অদুনা ঐখোইনা অসিদা অরেম্বদা য়ারক্লনা কৈদৌননি।"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"লাইরিক্তি হৈত্তনা ক্লাস কাদুনা কৈদৌনদগে? অদুগুম্বদুনিদো য়াদগী খোকপা ময়েক হাইবু হাইরগা 'য়াথি' হাই হাইরিবসে"

ছাত্র অমনা হাইরকই,

"থবক ভৌবা য়ানবা সার্টিফিকেৎ অমা পাইরগা লোইয়ে ওব্রা। হৈনবদুদি কোম্না ইরাইনা হোৎনজনি।"

উইলিয়ম্ন' হাইরকই,

"নখোইনা চত্ত চৎকে হাইরগা কহিমাদা চৎলু, অদু ওইরবদি য়িকমেগু ভৌবিগে।"

ছাত্র অমনা খুমকই,

"কহিমাদবুদি কদৌননি, চাওখত্তবা য়ানি ওব্রা"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"কহিমাদদি নাগা মশেলনি, মাড়ুনা হেন্না খুদোংচানি সুত্তাইনি হাইদুনা হাইবিবনি।"

ছাত্র অমনা খুমকই,

"নাগা মশেলনি হাইদুনা কৈদৌনি মরোল ইরোলদু কাওনদবা; ভিজবা সুত্তাইথ্রোইদবা পোৎনি ওব্রা।"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"অসুম ভিন্নথ্রগা মরাইনা মরোল থংনজরকনি। ইম্ফালদা চৎলবদি নখোইবু মাংদুনা তোক্লগনিনে। অদুগী হাইবিবনি। ভাং-থুলমচা ইম্ফালদা চৎখিবামথৈ মনুংদা অমতা হল্লকখিদ্রে, লোইনা ইম্ফালদা মাংদুনা লৈখ্রেদনা, নখোইস্ন অদুম মাংজগেরাও ?"

ছাত্র অমনা হাইরকই,

"কৈনা অদুবু কৈদোগে, লৈবা, ভিন্নবা সুগাইদুনা অদুম লৈখি্র-খনিদনা।"

মানা ওাংলিবমথৈগী ওয় তৈন্নবদা চাত্রশিংদুনা ইখিং লিত্তনা পাওথুম পিবদুদা উইলিয়ম্না শাওরদুনা লাওহংলকই,

"চংলো, মখোইসি অভাং মীওবা ওইনা ভাত্তা তৌই। চংখ্রে চংলো, রিকমেওককা সুক্তো তৌবা ওয়োই।"

ছাত্র অমনা থুদক্তা থুয়কই,

"ওঝানা ওমত্রগা অতৈ ওঝা অমবু তৌহনবা হাইকদুনিদনা" হাইরগা মখোই ছাত্রশিংদু উইলিয়মদা হাইকেং য়েংলগা চংখ্রে। উইলিয়ম্না মথন্দা থলহৌই কয়িগীনো চীংগী নহারোলশিংনা ইম্ফালদা সুক য়াম্না চংনিংলিবসিবো— মহাও অমা লৈখা ভাই।

# অহুমশুবা পন্দুপ

শ্বৃগ´ থুংনা লাম্বা ফংবদি কয়া মুণ্ডাইরমগদনো থংদে অদুগা স্কুল ছুটি থাগনি হাইবদা ছাত্রশিংনা মুণ্ডাইবসিদি হাইনিঙাই লৈতে। মখোই ময়াম পুল্লগদি হরাওবসি হেনমনথিদুনা মীনা হাইবা তাদ্রে; হুই খোংবগা মেজদা খুবাকনা য়েবগদা স্কুল পুম্বা পুমনিল নিল্লি; অদুনা নমদুনা ছুটি থাগদবা পুংকমতু অমুক্তা হেন্না ঙনখৎহল্লি। ঙসিদি উখ্রুল হাইস্কুলগী ছাত্রশিংদু হরাওবনা মথুম মরাং হোরে। মরমদি ক্লাশ টেনগী ছাত্রশিংবু বিদায় পিনবগী মিটিং অমা স্কুলদা তৌগদৌরি, মাদুগীদমক্তা স্কুল ছুটি ঙন্ত ওইগদৌরি। ক্লাশ টেনগী ছাত্রশিংদু ইউনিভর্সিটিগী পরিক্ষা থজিক্তা ঙাইরবনিনা স্কুলদা অমুক কারকপগী কাম্নবা লৈত্রে কারক্লরোই অদুগা পরীক্ষা পাশ তৌখ্রগসু স্কুলদদি অমুক লাক্লরোইদবনিনা মখোইবু মুংশিনা বিদায় তৌনবগী মিটিং অমা তৌবা চুম্মি হাইদুনা ছাত্রশিংগী ইউনিয়ন্না শিন্দুনা তৌগদৌরিব মিটিংনি। পুং অহুম তাবদা ছুটি ওইগনি হাই-দুনা তৌরম্বদুনা ছাত্র লাংমল্লদুনা পুং অনিদা স্কুল ছুটি থারে। স্কুলগী পরীক্ষা তে কম অচৌবা কাদুদা ছাত্র ছাত্রী ময়াম ফয়ে। ক্লাশ টেনগী ছাত্রশিংগী হুস্কুলনি লৈশাবি মরি য়াওই; অদুগী মমুংদা ইশাবেল অমনি। ক্লাশ টেনগী ছাত্রশিংবু মমাং ওইনা নাকল অমদা ফমহল্লি।

ময়াম কন্নরবা মতুংদা হেড মাষ্টর অমস্নং অতৈ অতৈ ওঝা-শিংস্না চংলক্কুনা কম্মি। অতুদগী ছাত্র ইউনিয়নগী সেক্রেটেরিনা মিটিংগী প্রোগ্রাম পাখোকই— শৈরেং ইশৈ, অশকপা মী— ইশা-বেল; হেড মাষ্টরনা য়া ঙাংবিবা; সেক্রেটেরিনা ময়াম্বু খাগৎপা শৈরোই ইশৈ— অশকপা মী ইশাবেল। প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না ইশাবেলনা শৈরেং ইশৈ শরূকই,

সুংশিবি ইমা মণিপুর
পলেম নংগী লমন তোল্লি।
ইমা নংনা য়োকপিয়কই
চীং তমগী মচিন মনাও
চেংব-চান্না কোনবিরকই
চীংমী তম্মী নচাশিংবু।
সুংশিবি ইমা মণিপুর
পলেম নংগী লমন তোল্লি।
ঙসি ইমা মিথিল চংলে
ওইরে নচাশিং খাইবুং খাইবুং
পলেম নংনা চিংশিনবিয়ু
অপুনবা য়ুমদা নচাশিংবু।
সুংশিবি ইমা মণিপুর
পলেম নংগী লমন তৌল্লি।
পুন্না সেবা তৌজগেকো
ইমাগী লমন শিংজখিগে।

পলেম চায়োক কজবিনি
নসাইগোন্দা তুংজখিগে।
মুংশিবি ইমা মণিপুর
পলেম নংগী লমন তোল্লি।

ময়াম্না ইশৈ লোইবদা খুবাক প্রোক প্রোক খুই। খুবাক খুবা! নেম্নখ্রবা তুংদা সুরজিৎ হোগৎলক্তুনা য়া ঙাংলকই,

"ক্লাশ টেনগী মুংশিরবা ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক হয়েংমখৈদি নখোই স্কুলদা উবা ফংলরোইদো। নখোইবু বিদায় পিনবা ঙসি ঐখোই ময়াম তিল্লিবনি। নখোই পুম্নমক পরীক্ষাদা নিংথি নিংথিনা পাশ তৌরকপা ঈশ্বরনা পিবিবা ওইসনু। নখোইদা ঐনা হাইনিংবা হাইবু নখোইনা হয়েং লাইরিক তম্বা লোইদুনা সংসারসিদা খোংদারকপদা অপিকপা পুকচেল অথুবা মিথয়েং কদৌঙৈদসু থমমোইদবনি, পৃথিবী পুম্নবু মীওইবা জাতিবু অপুনবা ওইনা য়েংগদবনি। অপাকপদুগী মসুংদা ফাওননবা হোৎনরবদতা মীকোক থোংবা ঙমগদবনি। অদুগা মতাংদি হাইকেৎ চাত্রবসু নখোইবু মুংশিবা মী অমা ওইনা মতুংগী লৈবাক্কী অক-মুঙাইগী দায় পুরগদোরিবা নখোই নহারোলশিংদা য়া অমগা হাইনিংই। ঙসি মণিপুরগী চীংগী লমদা থোইদোক হেন্দোক্লা উথ্রলদা ওইরিবা ফিভম অসি নখোই ঐখোই পুম্নমক্লা য়ানিঙাইনি। নাগা লাল হৌবশিংনা ঐখোইগী লমদা নৈররিবসি য়াম্না কাইথ্রবা য়ানি।

মিস্টর উইলিয়মস্না হোগত্তুনা হাইরকই,

"ওবা মাদুগী য়াহু ঙসিগী থবকসিগা মরি লৈনদেনা।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"ঐখোই পুন্নমকী নিতিগী হিংবদা মুত্তাইতবা কিডম অমা ওইরবনিনা মকম মতম হাইবা নাইদনা মী খুদিংমক মুন্না য়াখল তৌননবা নৈনগদবনি। নখোই ঐখোই নরুখুবা অমগী মপোৎ অমনা চারিবা, অমতা ওইনা লৈমিন্নরিবসিবু থুগাইনবা নাগা লাল হোৎনশিংনা শিল্লি। মখোইগী থবক অসি নখোই নহারোলনা থিংগদবনি। নখোই ঐখোইগী ইপা ইপুগী পুন্না মণিপুরগী ইতিহাস শেল্লম্মি, মাদু নখোই ঐখোইনা পুন্না অমুক নোহোননা শেমগদবনি"

উইলিয়ম্না খর শাওরপ্না হোৎনহৌনা য়েৎলকই,

"ওঝাখোই ঐখোই অমতদি নত্তেনা ওঝাখোইনা মৈতৈনি, ঐখোইনা হাওনি।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"মণিপুর হাইবা লৈবাক অসিদা নখোই ঐখোই অপুনবা মণিপুরী জাতি ওইনা অমতা ওইনা লৈমিন্নরকই। অদুনা নখোই ঐখোই অমতনি, অদুগী মথক্তা নখোইনা মৈতৈ পুরানশিংদু পারগা খংগনি চীংদা লৈবা কাংলুপ পুন্নমক্তা মপান্দগী লাকপা কাংবু থরগা পুল্লগা মৈতৈ হাইবসি শাথিবনি। অদুনা মৈতৈ খুদিংগী ঈদা চীংমীগী ঈ য়াওই। আদা অয়াং নোংপোক খংবা মাইকৈদা উরিবা শিবোই চীংজাও অসি মৈতৈগী খাইনগী অহল লমনশিংনা মতম অমদা মখোইনা লৈরুবা মকমগুম য়াম্না মুংশিনা ভাংল শোন্নম্মি। অদুম তৌনা ঈ ভিন্নরকপা পুননা লৈমিনবরকপা নখোই ঐখোইবুনা মুংশিনহল্লগা কমিদু শয়রক্তবা সেবা,

চাকশং, আওগী মীশিংগা তিননহনগনি হাইবসি মচিন মনাওগী থবাক্তা থাংনা থিল্লবা, মখোইস্থ সুঙাইবা কংলোদবা থবক্নি। অদুনা মাসি থিংদবা য়াদে। অরোইবদা ঐনা হাইনিংই নখোইবু, লাইরিক হৈহনবিংডুনা মরম ওক-হনবিংডুনা কয়া মরুম ওইবা চৈ-থাংবা, করিগুম্বদস্থ ফুবা কাওবা তৌথি, মাডুগীদমক নখোই য়ারোগদুকো। মমা মপানা মচাবু, ওয়ানা ছাত্রবু সুংশিবা হাইবসি লাইরৈবাকী ওইবা প্রেম্নি। মাডুগী প্রেম অডু নখোইনা স্কুল অসি থাদোকখ্রবস্থ কাওনম্নুসি। নখোই পুম্নমক মঙ্গল ওইয়ু"

ময়াম্না খুবাক খুই। মিস্টর উইলিয়ম্না হোগৎতুনা মাস্থ য়া মতেক অমতা ঙাংগে হাই। সুরজিৎনা মিটিং অসিগী প্রোগ্রাম-দদি য়াওদে হাইববু মিস্টর উইলিয়মবু য়া ঙাংহনসি হাইনা ময়ামদা হাইরে অমসুং মিস্টর উইলিয়মদা ঙাংঙো হাইডুনা হাইরে। মিস্টর উইলিয়ম্না হোগৎতুনা হাইরকই,

'হেড মাস্টরনা তাকপিবা সুঙাই। অদুবু নহালমথৈদি মৈথৈনা চীংমীবু উশিৎ থোওইদনা তৌবিরগা হৌজিক্কদা সুংশিবা শারক-পসিদি মতম হেন্নে। অদুগী মথক্তা নাগা হাইনা কৌবা কাংলুপ মথৈ পুশিল্লডুনা দেশ অমা, জাতি অমা. শেমজগে হাইবসিদা কনানা করিগী শাওক্ম থোকপগে অডুগা নাগা থুদিংমরুস্থ মাস্থ শাংথোক্কবা করিগী হোৎনরোইদগে? ঐনা থনবদি মণিপুরগী নাগাশিংনা মাসিদা থক্সার চপ-মুংবা য়াওশিনবা চুম্নি হাইনা নিংই। অনিবরোদনি ঐনা হাইজগদবা। ঐস্থ ক্লাস টেনগী ছাত্রশিংগী মঙ্গলগীদমক ঈশ্বরদা নিজরি।"

ময়াম্বা খুবাক খুই। ইউনিয়নগী সেক্রেটেরীনা অরোইবদা ওঝাশিং অমসুং ছাত্রশিংবু ওসিগী মিটিং অসি পাংথোকহনবি-বগীদমক থাগৎলি। ইরোই লোইবদা ইশাবেলনা শৈরোই ইশৈ অমা শকই,

"ইনুং ওান্নক্লে ঐখোই চৎসি,
মুংশি মীকো লাক্লে অসে,
তুমিন্না কন্নিগী ফন্নিবগে
চৎলমদাইগী মতমসিদা ?
ইনুং ওান্নক্লে ঐখোই চৎসি
মুংশি মীকো লাক্লে অসে।
ভাইবং মালং ইওাল ওান্নে,
কংলায়াইগী ইশৈ লাক্লে,
হৌথরেনে অমম্বা অহিং,
অচুম্বা মওাল লাকপদা।
ইনুং ওান্নক্লে ঐখোই চৎসি
মুংশি মীকো লাক্লে অসে।
পুন্সি বীনা পান্নে সুর,
চৎপা তারে লমথুং থংনা;
কৌরক্লেনে মুংশিবা খোন্না
তাওনে তাওনে ময়াম পুম্বা।
ইনুং ওান্নক্লে ঐখোই চৎসি
মুংশি মীকো লাক্লে অসে।

ময়াম খুবাক প্রোক-প্রোক খুই। ইশৈ লোইরগা ময়াম কাইনরে।

## মরিশুবা পন্দুপ

নাগা কেন্দ্রেল্ গভর্ণমেন্টকী শরুক অমনি হাইরিবা মণিপুরগী চীংগী লম্ খরসিগী গভর্ণরদি পোন্নানোনা ওই। মহাক য়াম্না আশা চাউবা ঙিপানি। মহাক্না খল্লি মণিপুরগী চীংগা অয়াম্বা শরুক খোমজিল্লগা নাগালেণ্ডদা তিলহনগনি। নাগালেণ্ডদা তিলহনসদোর্রিবা শরুক অসিগী মনুংদা মানা থারিবা লমদি অরাংলোমদা কাংপোকপী কাওবা, অরাং নোংপোক্তা য়াইঙং পোকপী কাওবা, খা নোংপোক্তা পলেল কাওবা, অয়াং নোংচুপ্তা শঙাইথেল চিংখোং কাওব, খা নোংচুপ্তা খোইরেন্তাকী চিংখোং কাওবা। মাগী আশাদি মণিপুরগী চীংগী লম ময়াম অসি পুরগা নাগালেণ্ডদা চংবা তুরবদি কেন্দ্রেল গভর্ণমেণ্টকী প্রাসিডেণ্ট ওইনবা দাবী তৌগে। অসি খল্লদুনা মহাক্না চোইথর খুন্দা লৈবা মাগী অফিসকী কাপ্দা য়েংলিবা মণিপুরগী মেপ অদুদা য়াম্না মিংথৌবগা লোইননা য়েংলম্মী। অদুগা নোকক্কেং নোকক্কেং তৌদুনা মথক্তা হাইখি্রবা মফমশিং অসিদা' মাসী চৈথু অদুনা তাক্ তাক্ খিল্লি'।

মানা অস্তুম তৌনা লৈরিঙৈদা ব্রি্গেডিয়ার সিঙাপায়া চংলকই। ব্রি্গেডিয়ারনা গভর্ণরদা মিলিটারিগী সেলাম তৌই, গভর্ণরনা "গুড অফটরনুন ব্রিগেডিয়ার" হাইদুনা ওকই। অদুগা

মমাংদি চৌকি অমমমদা চংশিন্দুনা মদথে। গভর্ণরনা হংলকই,

"করি থক্কীরো ব্রিগেডিয়ার?"

ব্রিগেডিয়ারনা খুম্মি,

"য়োর এক্সেলেন্সি, মণিপুরগী এমাকাদি এসো পুম্না তাদি, য়োর এক্সেলেন্সিমু চে কংবিরম্লগনি।"

গভর্ণরনা খুম্লকই,

"চুম্মি কংলে, মণিপুরসীসি থর অকনবা থবক লৌথত্তবা য়াদে। ব্রিগেডিয়ারনা পুরবদি য়াম্না ফরে, থবক ওইরনি।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

"ঐখোই মিলিটারি সেক্সনগীদি থবক চপ-চানা তৌরিবনি। সিভিল এডমিনিষ্ট্রেসনদা লৈবা 'কাংবুনা থবকসি ইকোত্তা কোত্তুম তৌই।"

গভর্ণরনা খুম্লকই,

"মিলিটারিগীদি অসি তৌসি হায়রগা লোইরেদনা; সিভিল এডমিনিষ্ট্রেসনগীদি বাখল থর চংই।"

ব্রিগেডিয়ারনা হায়রকই,

"মাপ তৌবিগনি য়োর এক্সেলেন্সি, বাখলগীদি নমায়া থক্তুনা ঐখোইগী ফিরেপ লেপ্লেদনা—ঐখোই ইন্ডিপেন্ডেন্ট গোভর্মেন্ট অমা ওইগনি। মাসিদা বাখল অমুক চংনিংঙাই লৈরিব্রা? ওইরোইদ্রবদা-অস্থা ইণ্ডিয়া গভর্ণমেন্টকা বা য়াংনরিবনি হাইদুনা মতম মাংহনবী করি কাররিবগে? অদুগী সরকপুদি, বা য়াংনরবুদি ঐখোইগী ফিরেপ নখোইনা খঙ্গুনা লৈরে; নখোইনা য়াম্নে

য়াও য়ারোই তোকউ, ঐখোইদি ইণ্ডিপেণ্ডেণ্ট সোভরেন ষ্টেট অমা ওইনা ফংসন তৌরে কোক হাইদোকলগা লোইরে।"

গভর্ণরনা খুমকই,

"ঐখোইবু সোভরেন ষ্টেট অমা ওইনা ফংসন তৌত্রিবরাও! চপচানা তৌম্লিনা—বিচার তৌরি, খাজনা লোথংলি, ঐখোইগী হুকুমা নাগা ময়াম শাসন তৌরি। ইণ্ডিয়া গভর্ণমেণ্টকী হুকুম চংপিদে। ঐখোইনা য়া হাইবি শাম্নরিবসিদি ঐখোইগী কান্নবা য়েংদুনা তৌবনি, ঐখোইগী ওবজেকটিভ অদুদি চপ চানা থম্লিবনি। য়া ওাংনদুনা থেম্বা য়াদৌরিমাম্লে নিংহল্লগা, লমপিরবদি থেম্বা য়াদৌবা মালহল্লগা আসামদগী অমসুং মণিপুরদগী লম য়াম্না খোপচিলহৌনি; ভারত সরকারবু শেল শেমতিংহল্লগাগং-শাগংপগী থবক কয়া তৌহলহৌনি। খুংলাই পৈশিলহৌনি। অসি কান্নদবরা! অসিনি, য়াথল চংবা হাইরিবসি।

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

য়োর এক্সেলেন্সি, মাদুদনি ঐগা মোং থেম্নরিবসি। মতম শাংথরগা মতমগী অইংবনে শেলগী ময়াইনে—অনিদগী ঐখোইগী মরক্তা অকোম্বা অকেবা পুন্সি পাম্বা মী য়াম্না য়াওরকনি, লাল তৌবগী স্পিরিৎ হল্লকনি; মমৈদা শোইদনা ভারত সরকারনা মোই-থেম থোইদা থুগনি।

গভর্ণরনা খুমকই,

মাদুদা ঐখোইগী ইশাবু থাজদবগী য়ানি, অসুক কুইনা হল্লকু বদা করিগী স্পিরিৎ হল্লদগে। মত্রুগী মথক্তা ব্রিগেডিয়ার খোইগী মিলিটরি লেক্সন, য়াম্না কয়া অয়েংবা লৈতনা য়েকিং

লৌদুনা লৈরিবা মিলিটারি লেম্নগী মুখনা অদুক কম্না লৈরিঙৈদা কল্লিগী এখোইগী ওপরেকটিভ পাংথোক্লোইদগে। অদুগী করিদু চিংনাবিরুগনু ব্রিগেডিয়ার," মণিপুরগী মেপ থেংনলিবা অদুদা থিল্লগা হাইখ্রকই,

"অসিদুম য়েংবিয়ু ব্রিগেডিয়ারনা চার্জ পুগদৌরিবা মণিপুরগী লম অসি কম্না চাওখ্রবনো। এ ভসাইমথৈ পুকনিং মুন্তাইনা য়েংলাম্লিবনি,"

হৌগৎখিদুনা মসী চৈশুদা শুসাই থিল্লখা মকমশিং অদুনা কোম্লিবা লম ময়াম চৈশুনা হাইদুনা সেমি-সার্কল ওইনা তাক্লগা হাইরকই,

"লমশিং অসি হাপচিল্লবদি এখোইগী নাগালেণ্ড অসি কনা চাওবা থৌট অমদি ওইরনি।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

"লম লোগে হাইরবদি মী হাম্না লৌগদবনি। মীশিংসি হান্ননা নাগালেণ্ডদা পুনসি হাইবা য়াহনগদবনি"

গভর্ণরনা খুম্নকই,

"মাদুগী লক্ষ্মদনি এনা ব্রিগেডিয়ারগা য়াম্নি শানিংবসু। মণিপুরগী নগাশিং অসি য়াহম্বা ব্রিগেডিয়ারখোইগী মিলিটারিরোমদগী থরক থর অকন-অকনবা লৌখৎহল্লিংই।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

"য়োর এক্সেলেন্সি, এখোইক্লোমদগীসি থরক হেল্লিমম্নম্ জৌরিবান। সিজ ফায়র লৈন-লৈনা মাদুগী মানবগী ক্লাংমদা এখোইনা

থবক চথরিবা ময়ামসি হাইরক্লুনা কৈদৌদগে। অদুবু ঐখোইগী থবক অসিদগীদি প্রজাগী পুক্লিং চপ চাবা থংবা ওল্লাই। মরমদি মবুক্লিংদদি পামদনা প্রজা অয়াম্বনা কিহুনা ফুরিয়া লৈরগা কৈ হাই-ফুনা ঐখোইদা অপনবা পিরমদবা য়াই। অহুনা ময়ামগী পুক্লিং ওলহন্নবদি সিভিল এডমিনিষ্ট্রেসন্দা লৈরিবা কাংবুগী মরু ওইবা মখোনি। প্রোপেগেণ্ডা পব্লিসিটি হৈ শিংনা কয়া তৌননবা য়োর এক্সেলেন্সিনা অতৈদা হুকুম তৌবিয়ু। খোইদোক হেন্দোক্লা হয়েংগী নাগরিক ওইরগদৌরিবা নহারোলশিংগী পুক্লিং চিংবা ওন্নবা থবক লৌখৎহনবিয়ু।"

গভর্ণরনা খুম্নকই

"মাহুগী থবকস্থ চপ-চানা শিল্লি; হাইস্লুলনচিংবা সংস্থান ময়ামদা ঐখোইগী মী থাজিল্লি, খুন-খুন খুদিংগী প্রচার তৌনবা মীস্থ মতিক চান-চানা থল্লি। হৌজিক ঐখোইনা য়েংগদবদি সিভিল-লোমগা মিলিটারিরোমগা অনিগী থবকশিংসি মরি নিংথিনা লৈনহন্না চথবা অহুনি।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

"ঐখোইরোমগীদি ঐনা মাহু শোইদনবা য়েংজগে।"

গভর্ণরনা হাইরকই,

"সিভিল লোমগীনা ঐ য়েংশিনগে। য়াজা স্মুভাইরে ব্রি-গেডিয়ারগা ওসি বারি শানবা কংবসি। ঐবা আশা তৌই হৌজিক্তি ঐখোইগী থবকসি শিংবা থুবো খুম্নাং চাওশিন্নগনি।"

ব্রিগেডিয়ারনা খুম্নকই,

"ঈশ্বরনা মাহু ওইহনসনু।"

অসি হাইরগা ব্রিগেডিয়ারগা গভর্ণরগা খুৎ চিংবৈ। অদুদগী ব্রিগেডিয়ারনা গভর্ণরদা মিলিটারি সলাম তৌরগা চৎখ্রে। গভর্ণরনা খলহৌই লমশিং অসি হন্দক্তি শোইদনা লৌশিনবা ওন্না য়ারে। ব্রিগেডিয়ার অসি খবক্তা য়াম্না ইচং খৌবা অকন-অকনবা খবক লৌখৎকনবা মীনি। মানা পুরবদি শোইদনমক খবক য়াম্না হেন্না কনশিল্লক্রগনি। মণিপুরগী চৌংগী মকম অয়াম্বা খুংনা খবক উৎপা ওন্নরগনি। মাহুগী মপান্না নাগা ফেডেরেল গভর্ণমেণ্টকী মশাঙ্গল য়াম্না হেন্না কনখৎলক্রগনি।

## মতাগুবা পন্দুপ

নক্রথ্রবা চীং, তন্না থাপতোকনথ্রিবা তমথিরবা সমাজগী অতোপ্পসি কোরুননবা থবক অমা পাইখৎকে হাইবসি সুরজিৎকী মতম কুইনা থল্লক্রবা রাখল অমনি। হৌজিক অহাংবা মতম থর ফংলদুনা সুরজিৎনা রাখল অসি থবক্তা ওন্থোক্কে থল্লে। স্কুলগী চহিগী পরীক্ষা লোইরদুনা ছাত্রশিং স্কুল কারকাখত্রে; ওরাশিংসু পরীক্ষাগী চে য়েংবদা স্কুল কাবা শংদনা থবক চিনখ্রে। মরক অসিদা সুরজিৎ ইম্ফালদা চৎলুগে নিংই। লাপথ্রবা লৈবাকশিংদগী লাকপা আমেরিকাগী পিস কোর, জর্ম্মন ভোলুন্টিয়ারশিং ভারততা লাক্কনা ভারতমচাশিংগা মুংশিনবা মরি লৈননবা হোৎনরি। অদুম তৌদুনা ইম্ফালদা চৎলগা নহারোল কাংবু কাংবু শেমদুনা চীংদা পুরকলগা চীংদা লৈহন্দুনা চীংমীগী সেবা তৌহন্দুনা সমাজগী অচোপ্পসি থরদংসু কোকপা গুন্নবা হোৎনগে হাইবসি মপুকনিংদা চপয়ুংনা লিংলে। ইম্ফালদা চৎলগা করম করম হাইনা থবক চথরুবা হাইবদুগী মরমদা অসুম রাখল তৌরদুনা সুরজিৎনা মাগী লাইরিক পানবা কাদা কমদুনা অয়ুক অমা থবকী থৌরম শিল্লিতৈদা ইশাবেল চেনা য়োম্বা চীংগা অহুমথক হাপ্পা প্লাস্টীকী থাও অমা মথুৎনা পাইদুনা চংলকই।

ইশাবেলনা সুরঁজিত্তা ব্যবহার উৎলকই,

"গুড মোর্নিং সার।"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"গুড মোর্নিং ইশাবেল, কম্মু, করিগী লাকইবনো ?"

ইশাবেলনা লেপ্না-লেপ্না খাওদগী ওাশিং লৌথোকই, সুরজিৎকী মমাংদা ওাশিংহু টেবল মথক্তা থম্মি।

সুরজিৎনা হংলকই,

"করিনো সিদে ?"

ইশাবেলনা খুম্মি,

"ঐখোইগী ইমানা ঐগী চানবা ওা থরদং পিরকই,

ওঝাদা পিজনিংহুনা থর পুজরকলিবনি।"

সুরজিৎনা কাগী ভৌনা হাইরকই,

ঐদি নখোইগী পরীক্ষাগী চে য়েংগদবা মীসু নত্তে, করিগী ওা পিজররিবনো।"

ইশাবেলনা ক্মথরগা হাইরকই,

"পরিক্ষাহুগীদমক লাইরিক্তি তম্বিরকইদনা ওঝা।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"লমন শিংলরিব্রা ওইরে"

ইশাবেলনা খুম্নকই,

"পিজনিংবরা লমন শিংবরা ওঝানা লৌবিনিংবা অমা লৌবিরো।"

ওহাক তুমিন লৈরগা সুরঁজিৎনা হাইরকই,

"হন্দক্তি পরিক্ষা লোইরগা ইশাবেল লুহোংবিবা তারিয়ে,"
ইশাবেলনা ওকনা হংলকই,
"কনাদা ওঝা?"
সুরজিৎনা খুম্মি "মিস্টর উইলিয়মদা"
ইশাবেলনা শকক্‌ম হঙ্গিন্দুনা হাইরকই,
"ওঝা উইলিয়মগী অতোপ্পা মুপী অমা থিবিয়ু, ওঝা।"
সুরজিৎনা হাইরকই,

"নংদি কৈদৌবগে, উইলিয়ম্না নংবু য়াম্না নিংজখ্রবনি। অদুগী মথক্তা মহাক্তি মশক মতৌ কজে, মুপী পুম্নমকনা পাম্ন-গদবা মীনি।"

ইশাবেলনা খুম্মি,

"ওঝা, মশক ফজবনা মিংকী কুম্মৈনি। মীওইবগী মমিত্ত নত্তনা থম্মোই হাইবা পোৎ অমা লৈরিদো। ঐগী থম্মোইদা মতম কুইনা লাৎচরবা মুর্ত্তী অমা লৈরি।"
সুরজিৎনা মীশক্তু কনানো হাইবা খংই হাইবগী মওংদা য়াদি ভাংদনা ইশাবেলদা মমিৎনা নোকনা য়েংই অদুগা খংশিন্নদবা শাত্নুনা হাইরকই,

"হোই, নখোইদি রোমান্সকী অয়ৌবি চহি মতাংনিদনা। অদুগুম্বা কয়ানি............।"

ইশাবেলনা খুম্মি,

"ওঝা চুম্নগী রোমান্সকী য়া নত্তে, অথক-অহা য়াওরবা, অশায়-মিহৌ য়াওরবা, ইংনা চিকনা নিংজবনি——।"

গুইহাক্তুং লেপ্লগা মরাই লুকথনা অমুক হাইরকই,

"অদুবু ওঝা, ঐনদি হাওগী জাত্রা পোকপনিনা——"

ইশাবেল য়া লোইশিনবা গুমদে, মমিত্তগী মপি ওরো ওরো তারকই। সুরজিৎনা মথুৎ নামনা ইশাবেলগী মখদাং তপ্পা ইনখৎলগা হায়রকই, "করিগী নশাবু অদুক তোয়া খল্লিবগে ইশাবেল, নবুকনিং চাওবা তম্মু"

মতাং অসিদা পুন্সি চংলকই। ইশাবেলনা কপ্পদু সুরজিৎ ইম্ফালদা চৎখিগদবদুগী কপ্পিমাল্লে খন্দুনা পুন্সিনা হাইরকই,

"অমুক থুনা লাকদবসিবু করিগী কপ্লিবনো।"

সুরজিৎনা ইশাবেলবু ফিভম অদুদা কুইনা থম্বা কত্রে হাইদুনা ইশাবেলদা "চৎলো ইশাবেল, লাইরিক্তুম ওরাইরুচো, ঐসু ইম্ফালদগী থুনা লাকনি" হাইরকই অদুগা পুন্সিদা য়েংদুনা হাইরকই

"গাসি লৌশিন্নু পুন্সি ইশাবেলনা পিজরবনি।"

পুন্সিনা গাদু য়োমশিল্লগা মবুকচেল তিংনা মখোল থোক্লা শোল্লি,

"আ—অং, ওঝাদি নিংইদা।

ইশাবেল ওঝাদা ব্যবহার তৌরম্লগা চৎখ্রে। পুন্সিনা হাইরকই,

"ওঝা ঐসু ইম্ফাল চংপা য়াওগেনা।"

সুরজিৎনা হংই,

"নংগী করি থবক লৈ?"

পুন্সিনা খুম্মি,

"থবকপুদি কৈমু লৈতে। অদুদা ইম্ফালদি চাংমীগীদি

কলিকাতানি হাই অমুক্তা য়েংগে তৌখনি।"

স্থরজিৎনা হাইরকই,

"মতুংদা চামরক পুখিগে হন্দকীসি মভা অমা চাদ্রে। অদুগা ইথাম্নিদা লৈবা মংস্থ ঐস্থ চথোক্লবদি য়ুমসি কনানা য়েংথিনি।"

পুন্সিনা হাইরকই,

'অদুদি ওঝা করাংজি অঙাংবা কম্বোর অমতা লৈবিরকউ।"

স্থরজিৎনা খুম্মি,

"অদুদা নত্রে, ফুরিং বাকাস্থ য়াম্না লৈবিরকনি"

পুন্সিনা নোংলকই,

"নাদ থেংনবা আকবর চুরুট উপু থরগা য়াওরকউ।"

স্থরজিৎনা খুম্মি,

"হোই, হোই।"

পুনশি চংথ্রগা স্থরজিৎনা মথঙ্গা য়ানা থলহোই,

"হৌনবা হৌনবরা পুনিগী মরক্তা ঐগী থম্মোই অসি মরোল থোকপা মমত্রে। ঐগী ছাত্রী ওইরিবি লাইরিক তম্বস্থ লোইত্রিবি ইশাবেলদা ঐনা করম্না ইবুঙ্গিংগী অশোনবসি ইচিন্না কাংথোক্কুন মাবু সুংশি হাইগনি। [ওহাক দুম্মিন লৈরগা] অদুগী মথক্তা ঐদি হৌজিক পুকনিং চোইবা য়াদবা থবক অরুবাঅমা পাইখৎকদৌরি। থবক অদুনা মেল অমা তাত্রিঙৈদরি পুকনিং থম্মোই চেৎনা কাদবা য়াদে। [ওহাক দুম্মিন অমুক লৈরগা] সুংশা মপি হোম্না থোক্লেল থোক্না লাইনা ইনশিনখ্রম মলকই অদুবু মহাকনা করিগুম্বা পুনসি তম্নমক্তুমা লৌন মথোক লোইখুম্লরি ঐগী থম্মোই অসিদা পুনসি অগ্নিমগী মুৎপা ময়মো-ইদবা মৈ অমদি চাক্তুনা লৈহোবা তাইদকো।"

## তরুকশুবা পন্দুপ

ঙসি আগষ্টকী তারিক ১৪ অসিদা নাগা লেণ্ডগী নিংতম্বা সুমিৎনি। ভারতপুদি মখোইনা নিংতম্বা ফংবা হাল্লি হাইবগী মতাগুম ভারতকী নিংতম্বা সুমিৎ আগষ্ট তাং ১৫ দগী নোংমা মৈথৎনা মখোইগী নিংতম্বা সুমিৎ থম্মি ঙসি উখ্রুলদা নাগালেণ্ডগী নিংতম্বা সুমিৎ পালন তৌগদৌরি। মফম—উখ্রুল খুম্পাওগী মমাংদা গীর্জ্জা অমা লৈবা লম্পাক অদুদনি; মতম—অয়ুকী পুং ৯ তাবদনি। ঙসিগী মরাম তিনগদৌরিবা অসিগী শিল্লাংবা পুন্নমকী মকোক ওইনা মিষ্টর উইলিয়ম্সা নোম্মি। পুং তাগ্রিঙৈদগী থবক অসিদা মথন্নাই য়াওবা মী কয়া অমা, মথন্নাই য়াওদবা চুম্নগী মখোইগী কুমৈ য়েংগে লাকপা মী কয়া অমা লাক্লুনা মীহু ফনা য়ান্না নিংথিনা তিল্লে। অকোনবগী কাংলুপ অসিগী মন্দুংদা পুনসি অমম্লুং ইশাখেল য়াওই। লৈদুং-চংবা নাগা লালহৌবশিংনা অকোংবদা অস্থক কোম্না মরাম মমাংদা মখোইগী নিংতম্বা সুমিৎ ভারত সরকারবু শিংনবা ওইনা পালন তৌগদৌরিবসি নোংমৈ-কম্না লেপ্না য়ানবগী (সিজ ফায়র এগ্রিমেণ্ট) খুদোং-চাবা লৌদুনা তৌরিবনি।

পুং তারবা মতমদা গভর্ণর পোয়ানো অমম্লুং ব্রিগেডিয়ার সিলাপায়া থুংলরে। নাগা লালহৌবশিংগী সিফাই প্লেটুন অমি-থকনা গভর্ণরবু গার্ড ওফ ওনার পি। সুবেদার অমনা সেলাম

তৌদুনা গভর্নরবু নাগাগী জাতীয় পতাকা চিংখৎনবা হাইরগা গভর্ণরবু কিরান মথোং তাম্না পৃশিল্লি। সুবেদারনা কিরানগী থোরি মথোংদা য়েংশিনদুনা লোথোক্লুনা গভর্ণরদা পি, গভর্ণরনা কিরান অদু পাইহল্লি। অদু লোইরবা মতুংদা গভর্ণরনা ময়ামদা ৱা ঙাংই,

'ঙসিসি নাগা ঐখোই পুম্নমক্কী অনরোমদসু মুঙাইবা অনরোমদনা অরুবা মুমিংনি। মুঙাইবনা ঐখোইগী নিংতম্বা ফংবগী মঙাল অদু চপ-চানা লৈরে অরুবনা ঐখোইগী নিংতম্বসি মপুং ফানা ভারত সরকারবু য়াইনবদা অরুবা অমা ওইরি। মাতুগী-দমক্তা ঐখোইগী হোৎনবসি কোমথোকপা য়াদবা লেপ্না য়াদবনি। ঐনা আশা তৌই নাগা থুদিংমকনা য়াসিগীদমক মতম পুম্নমক্তা শোম শাদুনা লৈগদবনি। ঐখোই কদোম্ভেনসু ভারতকী মপুং চন্নক্তে লোন্দা, কৃষ্টীদা, ঈদা ভারতকা মরি শুকনৈ লৈনদে। অদুনা ঐখোইনা ভারতা পূরবগী করিসু মরম লৈতে। বৃটিশনা চৎখিদুনা ভারতনা নিংতম্বা ফংবগুম ঐখোইসু বৃটিশনা চৎখিবদগী নিংতম্বা ফংলবনি। মরম অদুনা ঐখোইনা ইণ্ডিপেণ্ডেন্ট সোভরেন ষ্টেট অমা ওইবা হাইবসি মশানা তাজবা ৱানি। অৱাবদি মশানা তাজরবা ৱাসিদা ভারত সরকারনা য়েংশিনকই।

"ঐখোইগী মপুং ফাবা নিংতম্বা দেশ অমা ওইবা হাইবসি নাগালেণ্ডগীদা নত্তে, নাগা হাইবা জাৎ পুম্নমক্কীনি। অদুনা মণিপুরদা লৈরিবা নাগা পুম্নমকসু ঐখোইগী থবক অসিদা য়াও-শিনগদবনি। ঐনা অরোইবদা হাইনিংই ঙসি মুমিং অসিদা

ঐখোই নাগা খুদিংমক্কা ৱাশক লৌগদবনি মাতুদি ঐখোইনা ভাল্লিবসি ফংনবনা অমস্থং ফংলগা ঙাকপা ঙম্নবগীদমক নাগী নাগী থৱাই ফাওবা কংকনি।"

গভর্ণরনা ৱা ঙাংবা লোইবদা ময়াম্না খুবাক প্রোক-প্রোক খুই। অদুদগী নাগাগী জাতীয় সঙ্গীত শক্লগা মিটিং লোইশিন্দুনা ময়াম কাইনরে। ভাবোক ময়াম কাইনরকপদুদা লম্বীদা ইশা-বেলগা পুন্সিগ থেংনৈ। মিস্টর উইলিয়মসু মীয়াম মরক্তা ইশা-বেলবু হাইফেং উহৌদুনা থোঙ্গুল লিরকপদা লম্বীদা পুন্সিগা ইশাবেলগা চৎলম্বা উদুনা মতুং ইন্নরকই। উইলিয়মনা ইশাবেলগী মনাক্তা চংশিল্লকুনা হাইরকই,

"ইশাবেল নংসু কুম্মৈ য়েঙশিনবোই, চুম্মি অদুনি জোগদবা"

ইশাবেলনা পুন্সিরোমদা নকশিল্লগা খুন্নকই,

"ময়াম পংচং চৎনবদুদা ঐখোইসু করিনো হাইদুনা য়েংবনি ওবা"।

উইলিয়মনা মশাগী থজবগা লোইননা হাইরকই,

গভর্ণরগী স্পিচ অদু ফজজ্রাও, অচুম্বা ৱা ঙাক্তনি হায়িবদু।"

ইশাবেলনা খুম্বা নংত্রিঙৈদা পুন্সিনা হাইরকই,

"মখোইনা কহিমাদা তোপে তৌজরু ঐখোইগী উশ্রুলদা করিগী তৌবিররিবনো ?

উইলিয়মনা হাইরকই,

"মখোই ঐখোই অমতনি, নংনা খংত্রা খংদত্রা করিগী ৱা-রকইদবনো।"

পুন্সিনা শাওনা খুম্নকই,

"মখোই ঐখোইবো ? কদৌঙৈদস্তু অমতা ওইরক্কে, খৎনদুনা লান তৌনদুনতা লাকইবনি। থাইনা ঐখোইগী থাঙ্গাল মে-ঙ্গয়না মখোই কহিমাগী ভাইমৈশিংবু লানদা মাইথিবা পিশ্নিবনি। হৌজিক্কা মখোইনা ঐখোইবু ওম্বা শকে লাকইব্রা ও ?

উইলিয়ম্না হাইরকই'

"ঐখোইস্তু নাগানি মখোইস্তু নাগানিনে হাই।"

পুন্সিনা খুম্মি,

"মমিং মাল্লরগা হেক মাল্লবা য়াত্রা, নিপা অনি মমিং তোম্বা ভাক্তা কৌই হাইদুনা হেক্তা মাল্লবা য়াত্রা ও?"

উইলিয়ম্না "নংনা খং'-পোৎ নক্তেদা" হাইরগা পুন্সিগা য়েৎ-নরুদুনা কান্নদে হাইদুনা ইশাবেললোমদা ওনশিল্লরগা হাইরকই,

"ইশাবেল, নখোই নহারোল ছাত্র ছত্রিশিংনা ঐখোই নাগা মশেল নাগালেগুদা পুনশিনবগী য়াসি য়াম্না নিংথিনা ভাব তানা খংগদবনি অমস্তুং মাদুগীদমক্তা হোৎনগদবনি "

ইশাবেলনা মথম্না ময়ুম চৎলবদি উইলিয়ম অসি ইমরক্কু্না অতে য়াথি ভাংলরনি হাইনা কিদুনা উইলিয়মগী য়াগী পাওখুম পিত্রিঙৈদা পুন্সিবু ঐখোইগী য়ুমদা চৎলুসি থবক অমতা তৌবিরম্মু হাইরগা উইলিয়মগী য়াগী পাওখুম পিরকই,

"ওবা' মৈতৈগা চীংমীগা কাইনবা অদুগা মৈতৈদগী কহি-মাগী নাগাশিংগনা ঐখোইগা হিরম খুদিংদা জীলা, জোম্লা, মিতিগী পুন্সি হিংবদা নকনবা হেন্নি হাইবনি, অতে মরৈ য়েৎনবা হৈজদে,

ইবুঙ্গিংনা শুকয় য়ানিংদে। অদুগী মথক্তা থাইনা ওনখিবগী য়া থাদোক্লবসু হৌজিক হৌজিক্তা তাংখুল মুপী চনিদগী হেন্না মৈতৈদা ময়ুম পান্দুনা লৈখ্রে, তাংখুল নহারোল কয়াসু ইম্ফালদা লৈখ্রে। মখোই ময়াম অসিগী মপা মচা শাগে নাতে কয়া অমনা চৌংদা লৈরি। ময়াম অসিবু কাইনবা তারক্লবদা করম্বা থম্মোই য়াওদবা মীনা থাংবা ঙমগদগে? অদুনা ঐ শুকয়া য়ানিংদে।"

উইলিয়মনা হাইরকই,

"নংগীদু সেণ্টীমেণ্টকী য়ানি থবক্কী য়া নত্তে।"

ইশাবেলনা খুমকই,

"ওয়াখোইগী য়া, নাগা কৌবা ঙাক্তনি হেক্তা মায়রসি হাইবদুনা হেন্না সেণ্টীমেণ্টকী য়া ওই। ঐগীসিদি হৌজিক হৌজিক ওইরিবা, মতুংদসু শোইদনা ওইরকদবা য়া ঙাক্তনি।"

অসুম ঙাংনদুনা লাকপদা ইশাবেলগী ময়ুম হাইবদি মাগী মামগী য়ুম য়োরক্লে। ইশাবেলনা য়া মথং ঙাংনবা পামত্রদুনা উইলি-য়মদা "করে ওয়া লেংখিরো ঐ চংজহোরগে" হাইরগা থুন য়াংবা চংশিনখ্রে, পুস্তিনা মতুং ইমদুনা চংখি। উইলিয়মদি য়ায়দি চংনিং-লগা চংননবা মরম লৈতদুনা হনখ্রে।

গভর্ণরদা গার্ড ওফ ওনার পিরম্বা নাগা লালহৌবশিংগী সিপাই প্লেটুন অনি অদু হনখিবদা উখ্রুল হেড কাটরগী মাইল অনিয়োম চৎলগা উখ্রুলগা তাংখুল হিল্সগা অনিগী মরক্কী মফম অমদা সি, আর, পিগী পেট্রোল চৎপা কাংবুগা থেংনৈ শিজকায়র এগ্রিমেণ্ট ব্যবহার তৌদুনা পেট্রোল পাটিনা প্লেটুন অনিদু লাকপা

উবদি উরগা করিস্থু তৌদনা অদুম চৎলি। প্লেটুন অনিদুস্থু করিস্থু তৌরোইদবোই মালহন্দুনা য়েংবু য়েংশিন্নদানা অদুম লাম্থোক্তুনা চৎখি। প্লেটুন অনিদুগী ভুংদা চৎপা কাংবুনা পেট্রোল পার্টিবু হেক লাম্থোকপা লোইবগা নাগা লালহৌবা সিপাইশিংনা ওনশিল্লক্তুনা পেট্রোল পার্টিদা লেপ্পা নৈতনা নোংমৈ কাপশিল্লকই। পেট্রোল পার্টিস্থু পোজিসন লৌদুনা নাগা সিপাইশিংগা পুং মখাই অমরোম লেপুনা নোংমৈ কাপনৈ। পেট্রোল পার্টি সিপাই অনি শিরে, মী তরা শোক্লে, শোক্লিবা অদুগী মনুংদা এসিস্টেন্ট কমাণ্ডেন্ট অমস্থু য়াম্না থিনা শোকই। নাগা সিপাইশিংগীদি কয়া শিরিগদনো শোকইগদনো মকম থংদে, পুংখাই অমা নোংমৈ কাপ্নরম্লগা লৈথোক্তুনা উম্মং য়াগুং মরক্তা চংখ্রে। কোম্বুংদা য়েংনবদা ঐ থরদি তারম্মি হাই, অদুন, মী থরদি শিবমক য়াওদ্রবস্থু শোকথিমাল্লে হাইনা অদুম লৌনৈ। নাগা লালহৌবশিং চেনখিদুনা ইংথরবা মতুংদা সি, আর পিগী সিপাই থোমজিল্লকপা থুংলয়ে। মমাংদা অশিবা অশোকপা ময়াম তাদুনা লৈবদু উরগা সিপাই অমনা শ াওনা মকোক ওইনা লাকইবা কেপ্তেন্দা য়েংলগা হাইরকই, 'হুজুর, ঐখোইবু অজিগুম্বসি কয়া কুইনা থাংখো হাইবগে? ঐখোইগী মীনা অসুম শিদুনা শোক্তুনা তোকপা। লমন শিংনবা মতিকচানা থংহন্নবা খুদোংচাবা কংলবস্থু সিজ কান্নরনি হাইদুনা ঐখোইনদি হৌরুবা য়াদবা মখোইনদি সিজ কান্নর করিস্থু থওইখিদনা খুদোংচাবা কংবদা ঐখোইবু হাৎনবা হেক্তা কাপ্লকপা। সিপাইশিংগী মরক্তা য়াম্না পেন্দবা লৈরবনি। নোংমদি পেন্দবদু শাখিবা মওং লৌরকপা য়াই। নত্রগা সিপাইশিংগী মরক্তা মখোনা শিথরকপা য়াই।"

কেপ্টেন্না তৌফম খংদবা মওংদা খুম্নকই'

"কমদৌনি গভর্ণমেন্টকী পোলিসিনি। চীংমীশিং অসি ঐখোইগী মীনি, ঐখোইগী ইচিন ইনাও ওাক্তনি, মখোইবু করম তাথি তাওইনা তৌরুনি।"

সিপাই অমনা খুম্নকই,

"পোলিসিনি হাইদুনা ঐখোইবু সুম শিনবা শিনবদি কদাই ম্নাদগে। কাহেন্না ন্না ওাংবগী মাপ তৌবিয়ু খাংবা য়েংবা ওম্ম-ক্তদুনা হাইন্নরুবনি। গভর্ণমেন্টনা মীগী দাবীসি পিগে কোক পিথোকখো নত্রগা থবক চপ চানা লৌখংলু। অহুদি নক্তনা অরেম্বদা কান্নদবা ন্না ওাংনদুনা নাগাশিংনা অসুম খুদোংচাবা লৌখিবা অদুগা ঐখোইগী থন্নাইবুনা মখোইগী মার্সিদা থম্বা——ওম্হোক্লা চুমদ-বনি। শিবা কিবগী ন্না নত্তে, নিপামচা থোক্লা মাইয়োকনবা লান্দা শিবদি থন্নাই পাম্মুদে, খংদুনা লৈন্নবা হন্নান লাম্নাদা গতি লৈতনা শিবদি থন্নাই শোকই।"

কেপ্টেন্না সিপাইগী ন্নাদুদা অচুম্বা কয়া য়াওরি হাইবা খংনা অমসুং মখোইগী মথন্নাই পেন্দবা অদুদা মহাকসু মুওাইত্রদুনা খুম্নকই,

"হোই, অমদি থন্নবা চুম্নবনি।"

মতম অসিদা এম্বুলেন্সকী ট্রক অচৌবা অমা লাক্তনা অশিবা অশোকপা ময়াম হাপকত্তনা পেট্রোল পার্টি অমসুং অকোনবা থোমজিন্নকপা সিপাই ময়ামগা লোইননা ইম্ফাল সিভিল হোসপিটাল তান্না চৎখি।

## তরেৎশুবা পন্দুপ

হোটেল মিউজিয়ম ভিউ নোনা লিংখৎপা ইম্ফাল সহরগী মমিং চৎলখ্বা হোটেলনি। মিউজিয়ম বিল্ডিংগা মাইয়োক্না লৈবগীদমক মমিং অসি কোরিবনি। টিকেন্দ্রজিৎ রোডকী অরাং থংবা নাকলদা লৈ। হোটেল অসিগী মমিং চৎলিবনা মাসিদা চাগে থকে হাইবদা ফংদবা পোৎ লৈতে হাইনৈ। চানবগী জাত্রা হুই হৌদোং মমৈদগীনা ওক্-য়েন যণ থোংবা কাওবা ফংই, থকনবগী জাত্রা পুকয়ুদগী স্কোটচ হুইস্কি ফাওবা ফংই হাইনৈ। হোটেল অসিগী খ্বাইদগী হেনবা মগুন অমনা মুসি খুদক্তা ইশিং ওলহনবা গুম্মি হাইবসিনি। প্রোপ্রাইটরনা মেজিক হৈবনরা নত্রগা পুলিসনা লুপাগী আনোক উপ্তুনা মহি লাংবা পোৎমখৈ ইশিং অচম্বা অঙোবা ওইনা গুাক্তা উবনরা থংদে, গুম্মি হাইব-সিদি শোইদবা রা ওইনা গুাংনৈ। অমুক করি হাইগনি কাং-জৈবুংদা লৈপ্পুং ফম্বা কাংবুনা মনিমচা, গম্ভিনী, খোরানীশ্যবিগী রা তোকখিদুনা মাসিদনা রা ওইনা মুমিৎ মঙ্গানি চুপ্পা গুাংনবদা মরম অওইবা মেন-তাবা গুম্বখিদে হাইনৈ।

সুরজিৎনা উখ্রুলদগী ইম্ফালদা থুংলবদা অহিং ওইখ্রুনা ময়ুমদা অমুক চাক-ইশিং থোরাং তৌরুগদবগী শরুকপুদি হোটেলদা চাথোকখ্রুগে হায়দুনা হোটেল মিউজিয়ম ভিউদা চংলকই। মঙ্গাংথংবা

কাদা পাখং অনিখক চা থকনথকনা, য়ারি শারম্মি। কাহুদা ফন্নিবা হোটেল মেনেজারদা চাকী য়া হাইরগা সুরজিৎনা মাগী চাক শেম্বা ভাইহুনা পাখং অনিসিগী মনাক্তা ফম্মি। মখোই অনিগী মমিংদি অমনা কুলজিৎ অমনা রনজিৎ কৌই। রনজিৎনা চাহু অমুক চিংলগা কপ্তু থমহুনা হাইরকই,

"ভাই য়ু থকপসিগী কান্নবা অমদি লৈবো।"

কুলজিৎনা খুম্মি,

"হিদাক মথল অমনিদনা। হিদাক চাববু করি কান্নদনি।"

রনজিৎনা হাইরকই,

'মাহুগী য়া নত্তেনে। হৌজিক য়ু থকনরকপসিদগী, চৌংমী হাইবা লৈত্রে, ময়াং হাইবা লৈত্রে, পুন্নপ চামিন থকমিন্নরেদনা, হজোইনত্রে হাইবা। মাসিদা কান্নরবনিদো, অমনা য়ুহু মবুক পিকথন্না থকচিন্নবদি য়ুহুনা ইন্থোরকমান্নে মবুক্তা লৈবা য়া মথৈ অশেং অশেংবা হাইদোরকই।'

কুলজিৎনা খুম্মি,

"পুলিশনা পংহুনা ভৌবনি, জবান চুমহনগে হাইরবদি কুহুনা হংবগী মতুত্তা য়ু পিথকলগা হংগদবনি। অহুলদা অচুম্বা ফংগদবনি।"

সুরজিৎনা মখোই অনিসি য়াতা ফনা মুত্তাই য়ারি শাখিগে হাইহুনা মখোইগী মনাক্তা থর নকশিন্নকুনা মখোইগী মমিং হংই। মখোইগী মমিং তারগা সুরজিৎসু মাগী মমিং অমসুং পরিচয় য়খোইদা তাকই। অহুদগী সুরজিৎনা মখোই অনিদা হংলকই,

"ইবুঙ্গো নখোই অনিদি করি করি থবক তৌরি?"

কুলজিংনা খুম্মি

"ঠিকাদি হাইদুনা তেক-তাক থরদং তৌববু মহাজনগী শেন্দোই-মক্তা পিবা কোয়দে। ঠিকা তৌগদো শককপুদি এম এল এ থর পাইশিল্লগা লল্লোনসিরদুম থল্লিয়ে।"

"ঠিকা তৌববু কায়ত্রনে?"

কুলজিংনা খুম্মি,

কদাইদৈদনো তাদ, ঐখোইনা থবক শুরগা পৈশানা ইন্তিনি-য়ারনা কংবা, মখোইগীদমক শুবিবা হাইবদু নি। করিনো থংদে, পিরিমথৈ পেনবা নাইদে, পিখোদামহাইনে।

সুরজিৎনা হাইরকই,

"মাসিগুম্বসিনিদো মচাক-মরল য়াম্না লৈবতনা সুস্তাইবা শকপা সভ্যাতাগী কত্তবা হাইবদো মাসি কোক্রবা সমাজগী য়াকাইবা অমগী দরকার ওই।"

কুলজিংনা হাইরকই,

"সরকারগী থবক তৌদুনা ভতব চাম্নিবশিংসিনা পৈশা অহুক য়াম্না পাম্মিবসিবু করিগীনো থংদেনে। হাইকুরগা চাবা কোয়দে হাইদুনা ইকোম কোম্না হাইদোকই,

রনজিৎনা খুম্নকই,

"চাবা কোম্নবা জাতুনি শেস য়াম্না চাওব চাওনা জোম-জোম লৌরিবা কাংবুদি। মখোইনা হাইরিবে সরকারগী থবক

তৌবিবগী সরকারদগী তঙ্গব লৌবা অদুগা প্রজাগী থবক তৌবি-বগীনা প্রজাদগী শেল লৌগদবনি।

সুরজিৎনা হাইরকই'

"অ'ক্সায়রনা শেন-চাবা হাইবসিদি পামজথ্রবা হৈনজথ্রবা লোৎনি। কৌন্তিস্যানা হাইরম্মিননা অক্সিসাররন। শেনচাবদা হৈব-বদি গুানা ইশিংদা কুমগুম হৈহৈ হাইদুনা। অদুবু শাসনগী মকোক ওইরিবশিংনা অমোংপা তৌত্রগা মতিক চানা য়েংশিন্নগা ম'চু কোকহনবা ওম্মি। মকোক ওইবশিংমু মোংলবদি হাকজ-বদা থুং থাজিনবগুম্বনি।"

সুরজিৎ মণিপুরদা বিপ্লব অমা থোক্রবা শাগৎলিবা মীনি। মানা হাইরকই, 'মাসিগুম্বসি নৈনদুনা কান্নদে তাম ঈ শাগৎলি। ঐখোই বিপ্লব অমা পান্নবা জাংনি। থ্বাইদগী লাইরবা মণি-পুরদনা থ্বাইদগী হেন্না লোং পূন্নমক তাংলবা, হমুবী অমা লখীদা চেং সেন্ন অমতং য়ানা পুন্থনা চক্চবদা চান্না হেনবনা ইনশিন্দুনা সুংশিবা থংদানা মুনবিবগী মতাং য়ৌথ্রবা-; হিরম থুদিংদা—ইচম চম্বা মৈগী ইশিংগী কাওবদা প্রজানা অস্নিয়োনা লেমজবা; শেল্লাও পাইবা লম্লাই মীওইবুনা অমুম হেন্ন-হেন্না থুদোং চাবা শিশিনবা; প্রজাগী সেবা তৌগদৌরিবনি হাইজিন্নিবা রাজনীতিমলগী লুচিং-বশিংনা শেন চান-চানা অমুম অচাওবম কারবা—মসিগুম্বা লৈবাক অসিদা বিপ্লব অমা তৌত্রবদি লৈহৈবা লৈবাক ওইরব্রোই। অথাংবা ঐখোই পাপ পুরনি।"

য়ারি, কনাগী কোম্থোংদা করম্বা মন্ত্রিগী কার লৈরম্বা, মৈতৈ খুল্লক্তা কনাগীদা মারম্বারিগী কৈ থৈরিবা, হৌজিক হৌজিক্কী কোং ফোং শারিবা লৈবাক্কী, রাজনীতিগী ফিভম—অসিনচিংবা কয়ানি মখোইনা তত্তনা ঙাংনরিবা। মখোই তরেৎ অসিগী মমিংদি মথং শিংনা লাইশ্রম তোলহন, খাইদেম তোলমু, সৌগাইজম তোয়াইমা, কোম্থৌজম তোলচৌ সিনাম তোলপিশক, নান্দেবম তোমচা, সনসম তোলেন। লাইশ্রম তোলহন্না মখোইময়ামসিগী মকোকনি, মখোইনা মাবু "ব্রগার" কৌই। য়ারি শান শানা য়ুগী নেশাদু খর খর কারক্লে। সনসম তোলেন্না খাইদেম তোলমুদা ওনশিন্দুনা হাইরকই,

"ঐখোইনা পৈশা তিংতুনা অঙাওবা লৈবা, হোটেল মপুনা দোলান শাখিবা—তৌজসন্নুকো। ঐখোইগী ইপান্দগী মুঙাইজহোসন্নুকো।"

তোলমুনা খুম্নকই,

"পৈশাগী মখো হাইবু চখোক চৎশিন তৌবনি, অমদগী অমদা চৎকদবনি। অদুগা ঐখোইগী শেন মচৎশিদা ফরিবনা গ্লম ক্লিয়ারেন্সকীদা য়াম্না কামখ্রে। হৌজিক কৈশামথোং, সাহেবমনাই, মেজরখুন দোলানগী দোলানমক্তা ঙাইখ্রেদনা, গ্লম এরিয়া ওইখিদ্রে হাইবা।"

তোয়াইমনা নোংশিল্লকই,

"মৈতৈসিনা পংদুনা তৌবনি মখোইস্থ অসুম তৌরবদি দোল্লান খর হাইগংচহৌগদবনি ।"

তোলহন্না হাইরকই

"মৈতৈদি দোলান্দা লৈবা য়াদেনে, নখোই খংদ্রিবাও, সনা-মহিগা লৈমেন্নগা থমকম লৈত্তেনে ।"

নেশানা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লকুনা মখোই অয়াম্বা চুন্না কম্বা ঙমদ্রে, হাইহুদ্রে। তোলেন্না তোলমুরোমদা ঙাথরকুনা গম লাওনা হেক থেংই। ঙাথ ঙাথনা অতুম লৈ। য়ু থকপা মীগী খংনবা মকম খংদে, করিস্থ লৈতবা মরম অমদগীস্থ ঙসাইমখৈ, য়াম্না চান্ননা তোনরম্বা বারি শামিন্নবম্বা মী অনিস্থ য়াম্না শাথিনা হেক্না খংনরকই । তোলেন্না ঙাথরকপা অতুদা তোলমুনা ইনখংলগা মমিং ঙাংনা হাইরকই,

"করিনো নিংথিনা কম্বা হৈত্রা করম জাংনো"

তোলেন্না শাওনা খুম্নকই,

"মীগী জাৎ পন্নি করিগীনো, নংনা ঐঙোন্দগী হেন্না জাৎ কত্রাও ?"

তোলমুস্থ শাওনা কুক হৌগত্তুনা হাইরকই,

"নংনদি হেনত্রাও, আই চেলেঞ্জ ।"

তোলেনস্থ কুক হৌগত্তুনা হাইরকই,

"হেন্না তৌনসি হাইত্রাও, আই অসসো চেলেঞ্জ ।"

মবাম্নি কুদি যুনদে খুদুম চিংনরদুনা "আই চেলেঞ্জ" "আই চেলেঞ্জ" হাইনদুনা মুরদুনা লৈ। লাইশ্রম তোলহন্না মবাম্নিগী মতৌদু উরগা হাইরকই,

"নবাম্নি অদুম তৌরদি খোংগোংগা হাইদোকউরা ?"

সোগাইজম তোয়াইমনা হাইরকই,,

"হাইদোকউবা ব্রদার, ঐখোই য়াওরিবঁদা উশিনবা মাল্লি।"

তোলহম্না ফুক হোগত্তুনা লাইরিক হাপ্পা আলমারীদগী মৈতৈ পুরান কৈথিকৈকোই হাইবা অমা পুথোরক্লগা ফাক্তোক্তুনা য়েংলগ হাইরকই,

"য়েঙোই,, মৈতৈ পুরানগী রানি, সনসম্বা নংনা তাংখুলনা ওনখৎলকপনিদো।"

তোলেননা তোলমুদা থিল্লগা হাইরকই,

"মাইদি ?"

তোলহননা হাইরকই'

"থাইদিবা নংনা মাও মরামলোমদগীনিদো।"

তোলমুনা হাইরকই,

"অদুদি অতৈম্থু মথং মথং লোইনা হাইথরোদনা।"

তোলহননা হাইথরকই,

"সোগাইজাম্বা নংনা খোংজাইনা ওনবনিদো, কোম্থোজাম্বা নংনা কবুইনা ওনবনিদো, সিনাইবা নংনা কোম হাওদগীনিদো, নান্দেবম্বা নংনা কবোদেনিদো।"

নান্দেবম তোমচানা হংই,

"ব্রদারখোইদি কদোমদেনো ?"

তোলহম্না খুম্মি,

"ঐখোইবুদি ময়াংনিদা।"

তোয়াইমনা হাইরকই,

"এ, মী-ময়ামসিনা তিনশিননবদুনা মীতিন হাইবা, অদুনা পোইরৈ ভারগা মীতৈ হাইবা, অদুদগী মৈতৈ হাইনবা ওইবা তারেদনা।"

তোম্বেননা খুম্মি,

'মীগী আজ্ঞা অমনা অদুক ৱানা মিথিল দেশতগী পুরক্লুনা লাইনথিবসিবু ননা ইরাই লাইনা হেক ডাক্তরেৎ কংগদোগী তো..কপ..িবু"

ময়াম অদু ৱা ৱা নোক্লুনা হন্থনরে, মকম মকমদা কম্নরে।

তো: াইমনা খুল্লকই,

"ডাক্তরেংপুনি ঐখোইব পামদদুনা কৌবনি। ঐখোইনি মীগী হৌরকফমসি মুন্না মুন্না খংইবা জাৎনি। হৌথিবা লান মতুংদা জগন্নাথ ক্ষেত্রদগী লাইমু অমা লাইঙৌ অমা মণিপুরদা খোরক্লুনা হৌজিক মনিপুরদা ফিমু-শেৎপা কাংবু অমা ফিঙৌ- শেৎপা কাংবু অমা খোবকইগসি নখোই অনিনা শন্দোকখিবনিদনা॥"

তোম্বহন্না হাইরকই,

"উকিলগা ডাক্তরগসে"

তোয়াইমনা খুম্মি,

"অং"

তোমচানা তোয়াইনবু খাগৎনা হাইরকই,

"ভাইসি ওরিজিনেলিটিদি নৈবা জাৎনিসে।ঐখোইগী চিঙ্গাক অসিদগী খোাইবা বুদ্ধিনি হাইবা"

তোলেন্না হাইরকই,

"ঐখোই য়াচোই ঙাংনদুনা কান্নদে। ঐখোইগী তৌগদবা থবকী প্রোগ্রামদুম থম্নসি। আসাম, কেরালা, মহারষ্ট্রদা ইমান-নবশিং থবক পাইখৎনখ্রে, ঐখোইসু থিম্মবা কান্নদে।

তোলহন্না খুল্লকই,

"মাদুগীসু পাও অয়াম্বা শুজিল্লক্লে। ব্লেক মার্কেটা শেল পাইবা কাংবুগী লিষ্ট, মন্ত্রিগী মপান্না ঠিকাদা শেল পাইখিবা কাংবুগী লিষ্ট, বাজার প্লোট য়েনবদা শেল য়েন্নখিবা কাংবুগী লিষ্ট—অয়াম্বা শুজিল্লক্লে। ঐখোইনা হৌজিক তৌগদবা হাইববু চৈংলোমগী তকশিল্লকপগা ঐখোইনা তকখৎপগা অনিদু চাননবা শিনগদবনি।"

তোলেম্ন হংলকই,

"মখোই ইনাকখুনবা অতৈদি— ?"

তোলহন্না খুম্মি,

"ইনাকখুনবশিংগী পাই খুদিংমক্তা প্রজাগী অধিকার লৈরিবনি। মাদু থংনা চচ্চর চচ্চরে নত্রগা লাল্লোই তরেৎ ঐখোই খুত্তগী করম নাম্থোকনি।"

স্থরজিৎনা চাক-চানা চানা লাল্লোই তরেৎনা ঙাংনবা য়াদু তারম্মি। হোটেলগী মেনেজর অদুসু মখোইনা ঙাংনরিবদু তাই। চাক চাবা লোইরগা স্থরজিৎনা মখোইগা উন্ননিংদুনা লাল্লোই তরেৎকী কাল্লা চংলকই। মখোইগী যোংজিন্দা থাবা ল্যেবেলগী মগুন্নি থংদে নত্রগা মখোইগী য়াঙাং শাঙাংগী মৈশানবি থংদে মখোইগী কা অসিদা মী পংনা চংদে। স্থরজিৎ চংলকপা উবদা মখোই তরেৎ

খুদিংমকী মবুক্লিংদা পাল্লি :— মাসিগী নিপাদ্সি মতা অমনিসে, মহাকী মী ফুবি চৈবিয়ু হাইবা থবক অমা লৈরম্বা তারে। মখোই তরেৎ অদু য়া অমতা ঙাংদনা তুমিন তুমিননা লৈ। সুরজিৎনা চংশি-নরক্লুনা চৌকি অহাংব অমদা ফম্মি। সুরজিৎনা য়া ঙাংবা হৌরকই.

'ইনাওশা লৈবাক অসি কমদৌরিবগে, খর নুঙাইরিব্রা ?"

তোলহন্না খুম্লকই,

'লৈবাক অসিদি ফম্নাইবগা ইনাক খুনবগী লৈবাক ওইখ্রে, ঐখোইগী লৈবাক নত্রে"

মাগী পাওখুম অসি তাবদা সুরজিৎকী মবুকনিংদা অৱাবা পোকই। মরমদি লৈবাক অমগী প্রজানা লৈবাক অদুদা য়াওবগী য়াথল লৈরক্ত্রবা অদুগুম্না লৈবাকী মরাইবক থাইদগী থিবা মতাং য়োরক্লবনি। মহাকনা অমুক্তা হংলকই,

"ইনাওশা নখোইবু মণিপুর অসিবু করি অমতা সুংশিখিদ্রব্রা ?"

তোলহন্না খুম্লকই,

"করিগী সুংশিদনি, মণিপুবদা পোকপা মচানা মণিপুর সুংশি-দবা লৈব্রা। মণিপুববু সুংশিদ্রুনা ঐখোই মণিপুরবু নোনা শাবা পাম্মি।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"মণিপুর অমুক্ত নোহোনন্না শাবগী মওংদা অনৌবা য়াথল অমা পোক্লবা নখোই চীংদা চীংমীমরক্তা লৈবা [illegible] ?"

তোলহন্না খুম্লকই.

'করিগী ওমদনি, ঐখোইদি নাম্বা হোষ্টালশিংগা উননিংইবনি।"

"ঐখোই মখোইগা লোইননা চত্থগদবা থবক কয়া লৈরি।"

সুরজিৎনা হংলকই,

'নরৈবাক্কী নমুম থাদোকপদি ওমগত্রা নখোই?"

তোলহন্না খুম্মি,

"করিগী ওমদনি, ঐখোইদি চাকরী তোবা মীসু নত্তনা, চাকরী তোবা মীনবু মমুম থাদোক্লিংদবনি।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"ফরে অদুদি ঐখোই মতুংদা রা থর ওাংনথিসিকো; ওসিদি ঐ চৎলগে"

অসি হাইরমতুনা সুরজিৎ মমুম য়েৌরগে হাইদুনা লাক্লে। থাবল-ফবা অহিংনি। কৈথেল থমথ্রুনা সোরোক্তা মী তাকলে। অহিং অসিদা নম্বুল মপানগী সোরোক্তা সুরজিৎ মথন্দা লাকই। মহাক্না থাইন উমেশ বাবুনা লৈরম্বা মপাদু য়োবা মতমদা মমাংদা উই মাদুদি মোইরাংনিংথৌ লৈরক মপাগী সোরোক মপাল অদুদা নিপা অমা হিপ্তুনা লৈ, হাওব্রা গাড়ী কার অমসু মনাক্তা নাকল অমা খোংবান্দা পুথদুনা লৈ। সোরোক চৎপা নিপা অনিনা হিপ্লিবা নিপা অদুগী মনাক য়োবা মতমদা হিপ্লিবা নিপা অদুনা হাইরকই,

"কনা কনানো, অমুক্তা চিংথৎলম্মুবা।"

নিপা অনিদুগী মরক্তগী অমনা হাইরকই,

"ডুৎ বদমাস, মখিবোং ওপ্তানা থকচিন্নগা, খোপাকনদুনা কাওখিনগে।"

হিপ্লিবা নিপা অদুনা কপ্লা কপ্লা হাইরকই,
"ইহি, ইহি, ধর্ম্ম য়েংউনা তাই।"
অতোপ্পা অমদুগা হাই,
"মব্রাবা তারবা কান্দা ধর্ম্ম নিংশিংলকআব্রাও।"

সুরজিৎনা চংশিল্লক্কুনা মখোইগী মনাক য়োরো। লেপ্লিয়া নিপ অনিদু কুলজিৎকা রনজিৎকা ওইরম্মি। য়ু তাওদুনা হিপ্লগ্লিবা নিপা অদুগী মশক অদু থাবলগা নিংথিনা উই। কুলজিৎকা রনজিৎকনা মশক থংবা নিপানি। সুরজিৎসু নিপা অসিবু মশক থংই অদুবু মহাক্না কুলজিৎ রনজিৎকদদি মানা মশক থংই হাইবদু নিপা অসিগী-দমক মহাক্না ইকায়বিদুনা হাইদোক্কে থংশিল্লদবা শানা রা তাংই। নিপা অসিনা য়ু তাওরগা গাড়ীদু মথন্দা মশানা থোদুনা লাকপদা লৈবক হাইজিনফম থংদদুনা মোইবাংনিংথৌ লৈরক মপাদা নাকচেং ওইনা হাইজিল্লুবদগী য়েং থংবা গাড়ী নাকল অদু লৈখোম-লৈবা খোংবান্দা তাখিদুনা মমাংলোমদসু মনিংলোমদসু খোগৎপা য়াত্রে। গাড়ীদু ইনথংনবা হাইদুনা মথন্দা হোৎনবগী চোকথবনে য়ুগী লেশানা হেনগৎলকপনে অনিদু পাখিদুনা নিপাসি লোংথাক লোংনা হিপ্পুনা লৈরম্বনি। সুরজিৎনা কুলজিৎকা রনজিৎকসু থেমদুনা মখোই অহুম চংনা গাড়ীদু ইনথংমিন্নরে। সুরজিৎনা হংবদা নখোই অনি নিপা অসিগী মযুম থংই অমসুং মবাম্নিমক গাড়ী থোবা হৈ হাইরে। মতা য়াম্না চারে হাইদুনা সুরজিৎনা হাইরকই,

"ইবুংঙো, নখোই অনিনা নিপাসি মযুমদা থর থিনবিরগদা তারে, অসুম হন্দোক্কুনা থনগ্লবদি কত্রে।"

কুলজিৎনা খুম্মি,

"হোই অত্তুনা চুমদোমাল্লে ঐখোইস্ত খো'না চৎখিদৌ শরুক মতেক থর গাড়ী তোংখিবা হাইবত্রনি "

রনজিৎনা হাইবকই,

"গাড়ী তোংত্রা হাইবু ময়ুমগী মীনা ঐখোইন্দুম তাইনরক্কনকো।"

মখোই অহুম চংনা নিপাদ্ধ গাড়ী মনুংদা থাঙ্গৎলে। কুলজিৎ রনজিৎ মমাংদা করগা কুলাজৎনা গাড়ী খোত্থনা চৎখে।

য়ু ভাওত্থনা তুররিবা নিপা অসি হিজম নরেন কৌই। ময়ুম অহন্থেম লৈকাইদা লৈ। সুরজিৎকী য়ান্না চান্নবা মরুপ্নি। অভাং ওইরিঙৈদা লাইরিক পুন্না তম্মিন্নরকই। লাইরিক তম্বা লোইরগম্ব পুননা উখুল হাইকুলদা ওবা ওইমিননরম্মি। মবান্নি ইতাও ইতাও কৌনৈ। উখুলদা ওবা ওইরিঙৈদা মবাননি য়ুম অমতদা চামিন থকমিন্নত্থনা লৈমিন্নরম্মি। সুরজিৎনা য়ান্না কন্না হোৎ-নত্থনা মাগী খংনবা চীফ কমিসনার অমা লৈরিঙৈদা য়া নোমত্থনা নরেনবু অন্দর সেক্রেটরী হাপ্পিরম্মি। নরেননা অন্দর সেক্রেটরী ওইখিবা চহি অহুম্লোম শুরে। অন্দর সেক্রেটরী ওইখিবা মতুং থা অনি অহুম কাওবদি সুরজিৎকা নরেনগা চিঠানা ই পাও কাও-নরম্মি, অদুগা মতুংদদি সুরজিৎনা ইরক্কবস্ত নরেনলোমদগী পাও-শুম লাকখিদরে। মতুংদদি মবাননি অত্থম ই পাও কাওনখিদরে। হোটেল মিউজিয়ম ভিউ অসি মানা শেল পুখোল্লগা মনাওনিপাবু প্রোপ্রাইটর ওইহনত্থনা থবক তৌহল্লিরবনি। নিতিগী অহিংনা হোটেল-সিদা পার্টি তৌরগা তৌরে নত্রগা মথন্দা ওইরবস্ত ভগ্নানা থকচিল্লগা ময়ুমদা চংলি। কন্না ভাওদবা মুমিত্তা 'ময়ুমদা নিংখিনা য়ৌই;

থর হেক্তিননা তাওবা সুমিত্তা ঙসিগী থোদোক অসিঙুম্বা য়াম্না তোইনা হায়রু থোকখ্রবনি   অঙাং ওইরিঙৈদী চান্না জিন্নরকপা মরুপ, অসঙবা লিচং চংলমগনি হায়বা থাজদবা নরেন অদুমা ঙ'স ওইরম্লবা ফিভমদু উবদা সুরজিৎ য়াম্না ঙকখ্রে ; মণিপুরদা অসিঙুম্বা থাজ-থাজদবা মীতা কয়াসু অসুম তোরম্লক্লা খল্লি। থাঙ্গেশেংবদি মহাক উখ্রদা মতম কুইনা নৈনবিদুনা ইফাসদা চহি থরসিগী মনুংদা মণিপুর সমাজগী হোংলক্লিবা ইকাইবা-থংদানা পুনা হোংলক্লিবা ফিভম অসি সুরজিৎনা কয়া নিংখিনা থংদে। নোংমা ফাদোক অহিং অমতুক লৈরম্বনদি করি থংগনি ? হোংলক্লিবসিগী মহৈনা মীওইবগী লিচংকী অমোংপা কয়ামরুম মপান্দা তাওথংলকই, মীনা করি হাইখিগদগে হাইবগী ইকাইবা থংলক্কবসি অতুঙুম্বা অমোংপাশংদুগী মনুংদা অমনি। অসিঙুম্বা অমোংপশিবু হোংলকপসিগী মপান তাংদুনা কনাঙুম্বা-শিংনা করিসু লৈতনা থল্লকই, অসিঙুম্বা কনাঙুম্বশিং অসিগী মনুংদা নরেন অসি অমনি। সুরজিৎনা মহাকা নরেনগা উম্নখিদবা চহি অহুম-মরি শুরে হাইবা কাওরুই, অদুনা ঙরাংগী নরেনদু ওইরবোই খল্লুই। ঙরাংগী নরেনগা ঙসিগী নরেনগদি য়াম্না খেন্নরে, গথক পুমওন ওনবমখৈ খেন্নরে। সুরজিৎনা ঙকফম থোকই।অঙকপসিদা লোই পনা মকাকনা খল্লি মাদুদি ঙ'স মণিপুরী সমাজ অসিবু মতিং লৈনা অহিংবা ওইনা চংলিব্রা নত্রগা মরিল [illegible] চংশা [illegible] শানা লিখবা মাইকৈদা কুমথরক্লিব্রা। অকোনবগীদি ওই-রবদি চৌংমীশিংনা মখোইবু করিসু লৈতনা থনবা ভিন্নিংদবা চুম্মি হায়না সুরজিৎনা খল্লি।

# নিংঙানত্তবা পান্দুং

অয়াম্বদা কুইনা লৈরুবদগী পোকনশাংনফম ওইবা য়ুমদা হন্নকপদা মী পুম্নমক্কী মবুক্কিংদা লুংঙাইবা পোকই। কনাগুম্মা মবাইবক থিবা মীদি মাসিগী লুঙাইবসি মপুং ফানা ফংদবা য়াওই। সুরজিৎ অকোনবগী মীওইসিগী মতুংচনবা অমনি। মহাক্কী য়ুমদি হোদাম লৈরক মনুংদা, মমাংশৈদা লৈথোম হোম্লদুনা অরানা য়োয়মদে হাইনবা লৈরক মনুং চংশুবা মফম অমদা লৈ। মহাক্কীনি হাইবা মপা মমা, মচিন-মনাও কনা অমতম্ভ লৈত্রে য়ুম গাক্তা হন্দোকপদি কত্তে হাইদুনা ককচিংদগী অহল অমবু য়ুম শংহন্দুনা লৈহল্লি। অহল লমম্বা লৈরম্বা য়ুম্মি হাইবসী লুংশিবা স্মৃতি অমদগী লুঙাইবা অমম্ভং য়ুম শংলিবা অহল অসি উন্নবগী লুঙাইবা অক্লমথৈ নত্তনা সুরজিৎনা ইম্ফালগী য়ুমদা লাকপগী অতৈ লুঙাইকম থোইনা থংদে, ইহাং হাংবা উই — ইমু মতুংদসু মাইকৈ মরিদসু। উথুপদা হন্দোকপা য়াদবা পোৎ অমা চিথরম্বগুম মবুক্কিংদা ইত্তুরুনা পাল্লি।

সুরজিৎকী য়ুম শংলিবা অহল অসি অহন্দি ওইরে হাইবসু চহিদি য়াম্রনক য়াম্নথিবা নত্তে। হন্ফুতরা থরদা মহেল্লি, অদুসু য়েংবদদি লাইনা মীওইবগী পুন্সি করকপা চহি চামা হাইবদু হেন্দোকল্লবা হন্নুহল্লিগী শকফম ওইরে। মকোক মরু অদু পোক্না

মহুৎ সুরজিত্তা ফংবগুম তৌই। অদুনা মহাক সুরজিৎ উরগা মথল্লাই মুত্তাই নোকপা চংই। সুরজিৎনা খল্লি হন্দকমুক্তি উশ্লদা পুনবা মী খোম্বা লোইরগা অহল অসিগী নাখৈ অমা শেংদোক্লম্লগে। অহল অসিগী মথরাইদি চাকহৌগনি হাইবা খংই। অতন্ত্র করি তৌনি মীওইবা হাইবসি অস্থুম তৌনা অস্থুম মুংশি-দুংশি কাইনবা ঙাক্তনি।

সুরজিৎনা ময়ুমদা থুংলবগী নুমিৎ খরনিগী মন্থংদা কুলজিৎ, রনজিৎ অমস্থং ল'ল্লোই তরেৎকা অনি-হুম্লক উল্লরে, মখোইদা মহাক্লা উশ্লদা তৌগে হাইনা নিংলিবা খোরম পরেং অদু ব্লারি নিংখিনা শারে। নহারোলশিং অসিস্থু মপুন্সিদা অসিমা মতৌরগে হাইবগী পাল্লপফম খোইনা নাইদ্রিবা মশাগী ইচং খোবদি মরৈজবা মীতা ঙাক্তি। সমাজনা অহল পান্দবা সমাজ ওইরকপদগী হাইবদি অহল লমল্লা মচা-মশু ব্লারকপা কিবা অমস্থং ব্লারকযম খংদানা কোমখোকপগী মখোই অসি চাকচা য়ুথক্তা চোইজাইনখিবা ওইনা তৌই। অদুম্নদি ওইরগা মরৈবাকপু মজাতিবু দুংশিবদি মখোইদা খেইদিং মখাই অমা ব্লাত্তনা লৈ। ওক্রে হাইনা শিংথানরবা অসিগুম্বা নহারোল কয়ামরুম অমস্থু লৈরমখিগনি। সুরজিৎনা মখোই অসিবু শেমগত্তুনা মহাকী থবক্তা শিজিম্লরগে হাইনা নিংই। মখোইগী লিষ্ট অমা লোখৎলগা লেং-নাইনা নিতিগী ময়ুমদা চত্তুনা মখোইগী অহল লমনগা তান্নরগা লিচৎ শাজৎ চুমখোক্লবা হোৎনৈ, লম অমদা ওইরবস্থু মী অমমম ওইননবা হোৎনৌ হাইনা পাওত্তাকপি। নহারোলশিং অসিনস্থু মাবু ইকাই খুম্ননা মুংশিনা তোই মাগী মতুং কোইল ইল্লি। মীওইবগী থম্মোইনা মীগী থম্মোই লৈবা ঙম্মি।

অমুম তৌনা মখোইবু শেনগৎপগা লোইননা মখোইগী থাজবা ফংলবা তুংদা সুরজিংনা মখোইদগী অৱামল তাল্লি। মহাক মশাগীদমক নত্তে, মরৈবাক্কী মজাতিগীদমক্তি। মরৈবাক মজাতিগী-দমক মখোই মতম থর থরদি চৈংদা লৈবা তাই। চৈংদা লৈরগা করি তৌগদগে হাইবা মরোল পুন্নমক অদু সুরজিংনা ল্লারি শাই। নহারোলশিং অসিনা সুরজিংকী প্রস্তাব অদুদা মথল্লাই য়াওনা হল্লাও হল্লাওনা য়ারে। মখোইনা থবক অ স থুনা চপ্থবা পাম্নে মরমদি নহারোল্দি অথুবা পাম্মি। মরম অদুনা মখোইনা সুরজিংতা হাইরে শারিবৈদা রৈহেনবা য়াল্লিবমখে থুনা মতম থরদগী মনুংদা মখোইগী শেম-শাগদবা থবকসু লোইখোক্রসি।

নুমিৎ তরানিমুক্কা মনুংদা নহারোল নিপা চামা চং-চং কারে। নহালমখে ভাংনবনা ভাংনবনি ভসিদি মখোই ময়াম পুন্নমক্তা সুরজিংনা অরোইবা অপীল তৌগনি হাইনা প্রোগাম শেম্নে। মফম্না হোটেল মিউজিয়ম ভিউগী লাল্লোই তরেংকী কাদা, মতম্না মুমিদাং পুং তরেংমখাই তাবদা। মতম য়োৱক্লদুনা নহারোল মী চামামুক অদু তিন্দুনা লৈরে, সুবজিং লাকপ ভাইনরি। মতম চানা সুরজিৎ কুলজিং অমসুং রনজিংকা লোইননা লাক্লে। হোটেল মনুং হেক চংলকপদা কুলজিংনা সুবজিত্তা হাইরকই,

“মসি নহাল নুংদাং তুরম্বা নিপাদুগী গোটেলনিসে।” সুরজিংনা ল্লা য়াম্না ভাংদে, ‘অং’ হাইদনমক খুম্মি। রনজিংনা হায়রকই,

“হোটেল লিংলে হাইবগী মতিক থক্ চ রে মহাক। হৌজিকসু মথক অসিদা চাবগা থকপগা মচিল লেপ্পম্নরোইদবনি।” মখোই,

অহুম লাল্লাই ভরেৎকী কা মমুংদা চংলকই। ভিল্লস্নিবা ময়ামদুনা সুরজিৎপু ব্যবহার তেংবা ওইনা হোৌগংলি ময়াম মাগী মাগী, মফমদা ফম্নরবা মতুংদা কুলজিৎনা সুরজিৎপু ময়ামদা ৱা খর ঙাংবিৱু হাইদুনা হাই। সুরজিৎনা হোৌগদুনা ৱা ঙাংলকই,

"সুংশিৱবা ইচিন ইনাওশা ঐখোই পুন্নমক্না সুংশিৱবা মণিপুর হাইবা ইমা লৈবাক অসিগীদমক ঐখোয়না ঙম্বা খরদং লমন পুমসি হাইদুনা ঐনা ঙসি নখোই ময়াম্বু কৌরি। ঐনা খাজে নখোইগী শিংলিদা ইপা ইপুগী ঈদু কংদানা ঙসি ফাওবা চেল্লি। ঐখোইগী ইপা ইপুশিংনা মণিপুরগী টেরিটরিয়েল ইন্টেগ্রিটি কন্নবা মণিপুরগী লমমচেৎ অমা ফাওবা মীথুঙা চত্তনবা মথৱাই কখোকপদা পান্সুবমদে। অদুনা পিক্রবসু পিক্র মণিপুরনা ইংশোক ১৮৯১ ফাওবা স্বাধীন দেশ অমা ওইনা লৈরকপনি।

ময়াম্ন খুবাক প্রোক-প্রোক খুই।

সুরজিৎনা মথং চম্বরকই,

"অদুবু ঙসিদি অরাবনি নখোই ঐখোইগী হাক্তক্তা মণিপুর খুদোংথিবদা লৈরে চৌংগী ইচিন ইনাওশিংগী মরক্তগী খরনা মণিপুরগী মচেৎ অমা কক্তুনা মীঙোন্দা পিখোক্বা হোৎনরি।

মতাং অসিদা শোৌপাইজম তোয়াইমনা হোৌগদুনা হায়রকই,

"নাগালেণ্ডদা পিখোকনি হাইবদুরা? ঐখোইগী ইশাদা মিহুল মচেৎ অমতং হুল্লিবা ফাওবা কদোৌঙেদসু খোকহল্লোই। মণিপুরগী টেরিটরিয়েল ইন্টেগ্রিটি ঙাকনবগীদমক যেখা সেক্রিফাইস তৌবগী ঐখোই মতম পুন্নমক্তা তৈয়ারবনি।"

মযাম্না খুবাক প্রোক প্রোক খুই,
স্নুবজিৎনা অমুক হায়রকই,

'চুম্মি মণিপুরগী হেম্ন-হেম্না কগৎলকইবা নহারোলশিংনা অয়োবি বলিদান তৌনবা মী লিশিং লিশিং চোংথোরক্কনি হাইবদা কবিস্নু চিংনকম লৈতে। অদুগা অসিমস্নু নখোইদা হাইনিংই মাদুদি বলিদান অদুগা মতিকচাবা মপাঙ্গল লৈনবা বলিদান অদু য়েরবা ব্রাথলদগী তৌবা নত্তনা মুংশিবদগী তৌগদবনি। নখোই ঐখোইনা থংই চীংগী ইচিন ইনাওশিংনা মৈতৈগী মথক্তা ব্রারেবা থর লৈ মরমদি মখোইবু খুমদা চংহল্লিংদ চামিন থকমিল্লনিংদে, হন্নুনা য়েংই। তিল্ল নদবশিগা তিল্লদুনা লৈগদবগী শককপুদি তিল্লনিংবা কাংবুগা তিল্লজখুগে হইবদা কনা যম্না চুম্না মরম ওইখিগনি। কনাগী দোষনগী খোকখিবনো হাইবা খিকবগী কাল্লবা লৈতে। মৈতৈ খুদিংমক্তা চহি কয়াদগী লেপক্লবা অরানবা অসিগী-দমক চীংমীশিংবু মুংশিবগ লোইননা প্রায়শ্চিৎ তৌগদবনি। চীংমী মরক্তা লৈদুনা মশেইগী সেবা তৌগদবনি মখোই ঐখোই ইচিন ইনাওনি হাইবদু থবকা লিচৎনা ব্রাভাংনা পুক্নিংনা তাকদবনি। মাদু তৌববা ফাওবদা মখোইনা মনিপুর কাইহনবা পাল্লবদি নখোইনা হাইখব অয়োবি বলিদান অদু তৌদা য়ানা পাঙ্গল লৈগনি, চীংগী মী অযাম্বনা নখোইগী তুংদা লেপক ন মবমদি মাদু তৌরবদি মোবেল্লি সোসিযেল্লি ঐখোই লাল্লবোই ঐনা শিল্লিবা থৌবম অসি মাদু থোক্নবনি। এব আশা তেই নখোই পুল্লমাক্তা ঐগী প্লান অসি থবক পানননবা শিনবিগনি"

ময়াম্না হায়রকই,

"ঐখোই য়ারে, য়ারে "

অদুদগী সুরজিৎনা মখোই ময়ামদুগা লোইননা মাগী প্লান অদু মবুপ তানা খন্নরে। মখোই িপ চামা অসিনা উখ্‌লদা চৎলগা খুল কয়ামরুমদা চাইথোক্তুনা য়ুম অমমমদা লৈবা, ইমুং অদুদা অদুম চাবা হৈনবা চিঙ্গাক্তা চামিন্নবা, ইমুং অদুগী থবক লৌউবনি খংদে করিনি খংদে—থবক পুন্নমক্তা মতেং পাংবিবা, ইমুং অদুগী অঙাংশিং লাইরিক তাকপিবা, চীংমী ময়ামগী ওইনা খুন অমগী ওইনা করন্বা সমাজগী কান্নবা থবক তৌবা য়াবা লৈবগে খন্ খন্দুনা তৌবা— অসিনা অহান্‌বা থৌরম পরেংনি। অসিমস্ু মহাক্না মখোইদা হাই মাদুদি মখোইনা হয়েং চীংদা লৈবা মতমদা করিগুম্বদসু নাগা লাল-হৌবশিংগী থবক অসি কৈ-ফত্তে চুম্মি-চুমদেনচিংবা করিগুম্বা ব্রা অমতা ঙাংলোইদবনি।

মখোইগী পার্টি অসি মমিং করি থোন্‌সিগে খন্নবদা অমনা অমা হাই অমনা অমা হাই তৌবদগী, মমৈদা ফ্রেটর্নিটি কোর কৌসি হায়না লেপ্লরে। মখোই ময়াম্না ফ্রেটর্নিটি কোরগী ভোলুন্টিয়ার ওইগদবনি। ময়াম্না সুরজিৎপু মখোইগী লিডর খল্লে। সুরজিৎনা অরোইবদা মখোইদা হাইরে মাদুদি মহাক থুনমক উখ্‌লদা চৎলগনি, মহাক্না হন্দকমুক লাকপদদি ময়াম্বুসু উখ্‌লদা পুদুনা চৎলগনি; অদুনা ময়াম শেম-শাদুনা চপ চানা লৈরমগদবনি। ময়াম অদু তলব চাবা থবক অমা ফংবগুম হরাওদুনা থুনা চৎনিংবনা হৌ-হৌ চোংই। অদুবু মখোই মতম খর সুরজিৎকা তিন্নবদগী ডিসিপ্লিন খংলে; অদুনা

লিডরগী হুকুম ঙাইদুনা শেম-শাদুনা লৈরসি হাইনরগা ময়াম কাইনরে।

ময়াম্না কাইনখ্রবা মতুংদা সুরজিৎনা নরেনবু অমুক্তা উন্নবমগে, মতম কুইনা উন্নখিদ্রবা চান্নবা মরুপ্নি হাইদুনা দুতোলা মথক্তা কাখৎথি নরেন্দি মথক্তা ঙসি অচৌ অশাং ময়ামগী পার্টি অমা তৌগদৌরি হাইদুনা মাদুগী শেম-শাবদু য়েংশিন্দুনা লৈরম্মি। থর মথৈদি চিন-চোৎখে্র হাইববু অয়োবিদি হোয়েন ময়াম লাক্লগা থক-মিন চামিন্ননি হাইদুনা যু-থক য়োদবগীদমক নরেন অদু সুরজিৎনা চংলকপা মতম অসিদদি নিংথিনা ব্রা ঙাংনবা য়াবা ফিভম লৈরি হাইবা য়াই। সুরজিৎনা থোং হাইদোক্লু্ন চংলকপদা নরেন্না খওইনা য়েংদে। সুরজিৎনা "ইতাও" হাইদুনা কৌই। মমাই লৈথোরকপদা সুরজিৎনি হাইবা খংলদুনা হংলকই,

"ইতাও কদোৌঙৈ লাকই?"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"ঙসি তরানিমুক শুরে ইতাও"

নরেন্না হাইরকই,

"অদুগা ঐখোইদা অমুক্তা লাকত্রিবা!"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"ঙসি লাকইবসিনিদনা।"

নরেন্না হাই,

"হয়েংদি চাক চামিন্নখিসি ইতাও, ঐখোইদা লাকউকো।"

সুরজিৎনা খুল্লকই,

"হন্দক্তি মতম লৈত্রে ইতাও, হয়েংমুক্তা চাসি। ঐ হয়েংমক উথ্রলদা চৎপা তারে। হৌজিক ঐ নঙোন্দা ব্রা অমতা হাইনিংদুনা লাকপনি।"

নরেন্না হংই,

"করি হাইগগে ?"

সুরজিৎনা হাইরকই, "নখোইদি অচৌ অশাংস্থ ওইরে, শেল-থুমস্থ মরৈরে, লৈবাক্কীদমকস্থ খর খর খল্লুনা ইতাও।"

নরেন্না খুম্লকই,

"ইতাও থবক-শংবা মীন। লৈবাক্কী রাখল তৌবা হাইবদুনি; ঐখোইদি ফাইলনা চীংমুক রাংই শুবা ঙমদদুনা পৈরিবা; অদুদবু কদাইদগী লৈবাক্কী থনবা।"

সুরজিৎনা হায়রকই,

"ঐনা হাইবদি লৈবাক্কী রাজাও খল্লু হাইবগী রা নত্তেদা; ইচম চম্বদস্থ নখোইনা তৌবা থবক খুদিংমক্তা লৈবাক্কী করি অক-ফত্ত ওইগদগে হাইবা অদু খর য়েংউ হাইবনি। খুদম ওইনা হাইরগা নখোইগী হোটেল অসিদক ময়ামগী খর য়েংবা ফৈদনা।"

নরেন্না খুম্লকই,

"এ, ময়ামগী য়েংখ্রপোৎনি ইতাও, মখোইনা চাগে থক্কে হায়বদা রাত্তনবা পিজরিবনি।"

অস্থক য়াম্না পুকচেল য়াংবা মী ওল্লম্মগনি হাইবা নিংলমদবা সুরজিৎনা ঙক্লদুনা হায়রকই,

"ইতাও নহাক অসি থাইনগী নরেন অদু নত্রমাল্লে; নঙোন্দগী অসিগুম্বা রাঙাং আশা তৌরমদেদা।"

নরেন্না খুম্মি,

"কৈদোরুনি ইতাও, য়াত্রবনিনেসে, লৈবাক্তা তৌনরকইবনিনা ঐখোইস্থ অডুম মতুং ইল্লবনিনে।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"খোগোৎপমক কত্তবদা সুম-সুম চংশিল্লবদি সমাজদি পুম্মাং মাংলবা হাইবত্নানিদনা।"

নরেন্না খুম্মি,

"মতম মতমদুগীনি, মতম অমা লাক্লগা মরাইনা কজরকখিনি।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

'মতম হাইবসিদি ইতাও, মীনা তৌরিবদু অসুম য়েংদুনা লৈবিনি, মশানা থবক তৌদবনি। মীওইবনা মতম্সু অফবা ওইহনগে য়াই কত্তবা ওইহনগে হাইবসু য়াই।"

নরেন্না হাইরকই,

"সমাজনা কৎলক্লবদা ঐগুম্বা অমনা করি তৌরুবা ওমগনি ইতাও, য়াদবনিনে।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"নং অমদগী হৌরগা চাম্বা মরাইনা শুজরকদবনি। লাইরিক লাইশু হৈরবা, নফমদস্থ নাইরবা নংগুম্বা অমনা য়ু ভাওদুনা অহিং লৈরক খোংবান্দা ভুডুনা লৈরগা নং-নংগী নচা-ননাওদা, লৈকাইগী নহারোলদা বরম্ম' ব্রারকনি।"

সুরজিৎকী ব্রাসি তাবদা নরেন হাইকেৎ মমাই ভাংনা ইকাই। মতমস্থ খর থেংজিল্লক্লদুনা পার্টি তৌগনি হাইবা মীশিংদু লাকপা য়ারে; মখোইদুগা সুরজিৎকা থেংনরবদি মওং অমা চাররোই হাইনা কিরদুনা নরেন্না হাইরকই,

"করে ইতাও, গুসিদি ঐস্নু থবক অমা লৈরে, নংস্নু চৎলো হয়েং উথুল চৎকনি হায়বনিনা থেংলনি। হায়েংমুক ইম্ফালদা লাকপদদি শোইদনা ঐথোইদা চাক অমুক্তা চামিন্নসিকো।"

"করে ইতাও চৎলগে" হায়রল্লগা সুরজিৎ ময়ুমদা চৎলগে লাক্লে।

# মাপন্নুংবা পম্পে

উখুলদা ইশিং কংবা য়াই। থক্র-খোংনবা অকবা ঈশিং য়াম্না লাপ্ন-লাপ্না চৎলগা চীংজুমগী লোক মচা মচা লৈবক্তুদগী শোক্লে। লোংমা মুংখিল অমা মুমিৎ চাইথরকপা মতমদা সুরজিৎনা থক্রবা ইশিং অকবা শোকউগে হাইদুনা পুম্সিনা উখুল ডাক বাঙ্গালাগী অয়াং-থংবদা লৈবা চীংথাগী লোক অচুদা চৎখি। লোক মচা অসি ময়ামগী ইশিং অকবা শোক্লকম্মি। পুম্সিনা লোক অদু য়েংবা মতমদা ইশা-বেলম্ব ইশিং শোক্লম্মি, মীদি অডে কনাম্ব লৈরমদ্রে। পুম্সিবু উবদা ইশাবেলনা য়া হংনিংলদুনা মাগী ইশিং শোক্লবা কোল অদু থারগা হাইরকই,

"থুয়া ওয়াগী চাক্তি কনানা খোংবি?"

পুম্সিনা খুম্মি, "ঐনা খোংই।"

ইশাবেলনা হংই, "হাওই হাইব্রা?"

পুম্সিনা খুম্মি,

"হাওমায়ে য়াম্না চাই।"

ইশাবেলনা অমুক্তা হংই,

"ওয়াদি মুপী খিখিয়োই হাইব্রা?"

পুম্সিনা খুম্মি,

"উখুল লৈশাবী লোগনি থায়রিয়ে।"

ইশাবেলনা হায়কেৎ নোক্লগা হায়রকই,

"অমতা খিবিয়দনা।"

পুল্লিনা অওইবা ওইনা লোড়না থুরকই।

"অসুক চাওরবু মরাইনা খিজনি। মীনা খিরগা পামদে লাক্তে বেরা ওইনি"

মবাম্নি নোকমিয়ে অদুদগী ইশাবেলনা "ঐনা হানবনিনা ঐ খর হান্নম্বগে থুরা শোকহোখো" হায়রগা কোল অদু মখ্যাংদা য়েপ্তুনা চীংমাই লোইরোই ওন্দু কারকই।

ইশাবেলনা ইশিং শোকপা চৎখি হাইবসি উহোড়না উইলিয়ম্না হোরেন ইশাবেলনা লাকপদা কাগী ভোগে লংনগে হায়দুনা চীংমাই অদুগী লম্বী ময়াইদা হোবা উ পাম্বী অমদা কাখৎলগা উখা অকৈবা অমদা মখোং য়াম্বদুনা কয়গা মকৈবাক্তা মথুৎ ওইনা ভাল থারগা মখোং হাইর-হাইরদুনা ইশৈ শকই, ট্যুয়িংকল ট্যুয়িংকল লিটল ষ্টারগী সোংদা ইশৈ পয়েং মরিসিদা হপ্লিন হপ্লিন শকই,

"ডার্লিং ডার্লিং ইশাবেল,
হাও আই লভ য়ু আই কান্ট টেল।
য়ু লুক সো নাইস ইশাবেল
এ নীম্ফ ইণ্ডিড সুটস মি ওয়েল।

মা চীংথারোমদনা ইশাবেলনা চীং অওম্বদু কান-কানা মবুক্তিংদা খনরদু ইশৈ ওইনা মচিন্দা মপান থোরকপগুম শরুকই,

"চীংদা শাংপা শিঙ্কেন লৈ
তমগী খোইমু পামজবী,
নংগী করি নগুণ লৈ
মুংশিবতা ওইজবি।

থম্মোইনুংদা শাংলিবা
লৈরাং অসি কংচরি।
তমগী খোইমু পাম্মুবা
মুংশি নপাও ওাইজরি।

ননাওখোন্দি লিকইদো
থম্মোইনদি তাক্লিদো—
মিংকী মরোল শোইরোদো,
নিংজবদু চুম্মিদো।

মপোক সিমা কচ্চরে।
নোংদম্বনা তমসন্নু
লৈপুন ওইবা পিসন্নু
চীংগু নোংদম ওাইজরি।

পুন্সিনা ইশিং শোকপা চংখিবদু ফনা কুইশিল্লক্কবা অতুদা শিংওাইদবা পুক্কিদু মফম অমদা ফমদ্রনা ব্রারি শাদ্রন' লৈখোক্কত্রা নত্রগা কনাগুম্বগা খংন-চৈনা তৌররিগত্রা চিংনদ্রনা সুরজিৎনা পুন্সি খিবা ইশিং শোকফম লোক্তু তাম্মা লাকই। মখারোমদগী ইশাবেলনা ইশৈ শক্লকপদু সুরজিৎনা তাই। চীংখারোমদা অক্সম

কুমথরকপদা উইলিয়মনা উথক্তা তোংলিবা অতুগী মপামক্তদা সুরজিৎকা ইশাবেলগা ওরে। সুরজিৎনা ভুংনাক কোইয়েং য়েংলগা মাগী ফুরিৎখাওদগী সনাগী খুদোপ অমা পুথোক্লগা ইশাবেলদা পিরগা হাইরকই,

"ইম্ফালদগী পুন্সিগী পোৎচৈ লৈবিরকপদা নংগীসু খুদোপ অমা পুরকই, শিবিগেসে।"

ইশাবেল মথন্নাই হরাওবনা খুয়াদগী লুতোন ফাওবা ফুং লাওবা অমা কাই। মখুং তিংথোক্তুনা সুরজিৎপু খুনিংথোদা খুদোপ্পু শিহল্লি। মতাং অতুমক্তদা উইলিয়ম উশাদা মখুৎনা য়ান্থ-রক্লগা সুরজিৎ অমসুং ইশাবেল অনিনা লেপ্লিবা মনাক্তা পোপ তারকই। উইলিয়ম উবদগী সুরজিৎ তিঙক ইঙক চারদুনা "মখাদা পুন্সি লৈহৌবরা" হাইরগা পাওখুম ঙাইদানা খোংকাপ কন্না লোকখারোমদা কুমথখ্রে। ইশাবেলসু থংহৌদনা ভুৎ ওকবগুম ইফিং ফিংনা য়েৎ-থংবা মখাংদা পুবস্বা কোল অতু ওইথংবা মখাংলোমদা ওন্থোক্তুনা কোল্লগা চীং কাখৎলক্লে। উইলিয়মনা মবুক্লিং লাংতক্লনা হংলকই,

"করিগী খুদোপ্নো, ইশাবেল?"

ইশাবেলনা খুম্মি,

"ঐনা ওঝাদা ইম্ফালদগী অমতা লৈবিরকউ হাইদুনা তপথিবনি।"

উইলিয়মনা হাইরকই,

"কন্না পিরকই, ঐ শেল হঞ্জিনগেদনা"

ইশাবেলনা খুম্মি,

"ঐগী লৈজবনি, ঐনা হান্না শেল পিদুনা লোইখৎবনি।" উইলিয়মনা অতৈ মা শাংথদুনা কায়দে বা অচংবা ভাংনরগে শিংদুনা হাইরকই,

"ইশাবেল, নহাক্কি নংগী পরিক্ষাগী চিন্নবা মতমদা ঐনা মতম চাদনা রেৎলুবদু ঐ লান্নে হাইবা কোল্লুংদদা থংলকইদো। হৌজিক্তি পরীক্ষাস্ত লোইরবনিনা চংথোক চংশিন্দা থোইনা অকাইবা লৈররোইদনা!"

ইশাবেলনা মী অ.তাপ্পা অমতা লাক্লবদি সুভাইখৎনিদা হাইনা খল্লবগা লাইনা কু-শুম মাগী মমাগা পোকমিন্নবা মামদু যুং কাওরকই। "সুপীমচা নং ইশিং শোকপা ইকা কারক্কে হাইদুনা ঐ থিবা লাকইবনি, কদাই কোন্দু ঐ পাইবিগে," হাইদুনা ইশাবেলদগী কোন্দু লৌরগা ইশাবেলবু মমাং থাহন্দুনা পুরকই। উইলিয়মদু চান্নবা অইক্লরবস্ত অহল অমা য়াওহিবনিনা ফজদ্রদুনা অদুম লমখাংদা লৈহোরে।

ইশাবেল মাগী মামগা লোইননা ময়ুমদা চৎখে। উইলিয়ম নিংবা কাইদুনা চীংগী নাকচেৎ অমদা হাইজিন্দুনা মী উদবা মকম অমদা মথন্দা ফমদুনা মথন্নাই সুভাইতনা ব্রাখল তৌরকই। হান্নবা ইশাবেলগা সুরজিৎকগী নারৈ নাতাদা স্বম্ খর খর চংনদুনা লৈবদগী ভসি সুরজিৎনা খুদোপ পিবা অমম্তুং মাতুদা মবান্নিগী ওইখিবা লকফম্রচিংবদু অসুম খল্লুবগা ইচম চম্না সুপী অমগা নিপা অমগা পোৎ তপ্পবগী অদুক পিনবদু মান্দে মম্নুংদা অর্থ লৈবা মক্তো উইলিয়মনা উই। মাগী মবুক্তা কাওরে মাদুদি মহাক্না ইশাবেলনা মখুৎ

ফংবদা খোংজাই-ওম্বা চীংগুম খনগদৌরিবা অপনবদি সুরজিৎ অসিনা ওইগদৌরি। অদুনা ইশাবেলগী মুংশি পুক্লিং য়োগে হাইরবদি অহ ন-বদা সুরজিৎপু লাপথোকহনখিবা ভাই। মানা খল্লকই করি-লম্বীদি লৈ। গুহাক খল্লবা তুংদা মানা খংনিং নিংশিংলকই মাদুদি সুরজিৎনা নাগা লালহৌবশিংগী থবকসি য়াদেকো। স্কুলগী মিটিংদসু ভাংখ্রবনি অদুন্দি নাগা লালহৌবশিংদা তাক্লগা সুরজিৎপু ফাইন্দুনা লাপ্লা পুহনখ্রগে মখোইনা থোকপা মাঙোন্দা তৌনিংবা থবক তৌজখ্রসনু, য়ামদ্রবদা মাবু উথ্রলদা অমুক হন্লক্কনবা তৌরো হাইরমগে হাইনা উইলিয়মগী মবুক্তা লেপ্লে। মরমদি লম অনিদা সুরজিৎ মহাক্কী য়েক্লবা ওইরে — অমনা মুপীগী কাদা অমনা উথ্রলগী তাংখুল-শিংবু নাগালেগুগী নাগাশিংগা পুলহন্নবগী লম্বীদা। ফম্লম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা হৌজিক অহিং অসিদা নাগা লালহৌবশিংগা উন্নবদা য়াম্না খুদোংচাবা মতম্নি উন্নরুখিগে হাইদুনা চৎখ্রে। চৎকদবা লম্বীদা অখিংবা লৈরম্বদগী অখিংবদু লৌথোকখিবদা মুঙাইবগুম উইলিয়মগী মবুক্লিংদা য়াম্না মুঙাইবা ফংই, মশা মথন্দবু বুক্কিলৈ হাইনা খল্লে।

## অরাগুবা পন্দুপ

নাগা লালহৌবশিংনা সুরজিৎকী মরমদা পাও খর তাদুনা লৈবদগী উইলিয়মনা অমুক্তা হাইরবসিদা সুরজিৎ অসি মখোইগী য়েক্লবা অমা ওইরে হাইবসি চপচানা লৌরে। অসিগুম্বা মীসি খর দগু পিদবা য়াদে হাইনা খল্লদুনা সুরজিৎপু ফানবা মখোইনা লালহৌবা মী খরা নোংমা থারকই। অসুম তাঞ্জা য়েংদুনা লৈবদগী সুরজিৎনা নোংমা য়াচংবা মতুংদা স্কুলদগী ময়ুমদা লাকপদা লমথাংদগী লালহৌবশিংনা ফাদুনা জীপ্তা হাপ্পুনা পুখি। তোল্লোই খুনগী চীংখাদা মাইকৈ মরিদগী মথক্লোমদগী য়েংলকপদা উদবা লম্পাক মচা অমদা নাগা লালহৌবশিংগী কেম্প অমা লৈরম্মি। কেম্প অসিদা সুরজিৎপু বন্দি থম্মি। অহিং সুংথিল চুপ্পা লালহৌবা সিপাই অমমম শৈশিন্ নাদুনা পুং ২৪ মাবু সন্ত্রি তৌই। কেম্প অসিগী মকোক ওইনা পুরিবা হুকুম পুন্নমক তৌরিবনা ব্রিগেডিয়ার সিসাপায়ানি. সুরজিৎপু ফারকপগী মতুং নোংমা কোনবা সুমিৎ অদুদা মরা হংগনি হাইদুনা ব্রিগেডিয়ার সিসাপায়ানা সুরজিৎপু পুখোক্লমই। ব্রিগেডিয়ারনা হংলকই,

"ওঝা নংনা ঐখোইগী থবকসি লাল্লি হাই হাইবা চুম্বা ?"

সুরজিৎনা খুম্মি

'চুম্মি হাই।"

ব্রিগেডিয়ারনা শাওনা মখোল কয়া হংলকই, — "করিগী হাই ?"

সুরজিৎনা খুম্মি,

" চাংগী ইচিন ইনাওশিংবু সুংশিদুনা তৌবনি ।"

ব্রিগেডিয়ারনা শাওবা খর হস্থরদুনা হাইরকই,

"সুংশিরবদি ঐখোইগী থবকসি পাংনবা মতেং পাংবিয়ুদনা ।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"শুক-ওই ওইররোইদবা থবক অসিদা মতেং পাংববুদি, থবক অসি থাদোকউ হাইবনা হেয়া অচুম্বা ওইগনি, নখোইগীসু অফবা ওইগনি ।"

ব্রিগেডিয়ারনা খর থোইরপ্না হাইরকই,

"ভারতকী প্রধান মন্ত্রিনক্না থেম্বদসু য়াদ্রিবা ঐখোইনা নংনা হেক হাইরগা চৎকদ্রা !"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"লোগে লোরেই হাইবনা নখোইগী খুসিনি, অদুগা অচুম্বা অফবা য়াদি পিকথ্রবা করিসু লৈতবা মীনসু হাইবা য়াইনা।"

ব্রিগেডিয়ারনা হংলকই,

'ঐখোইগী থবকসি করিগী ওইরোইদোরিবনো ?"

সুরজিৎনা হাইরকই,

নখোইগী দাবী অসিবু য়ারবদি ভারত অসি মচেৎ-মচেৎ তানা কাইবগী য়ানি। অদুনা করিগুম্বা গভর্ণমেণ্টনা কদৌউদসু নখোইগী দাবীসি পিররোইদবনি ।

ব্রিগেদিয়ারনা খুম্মি,

"লাল হৈদুনা মুন্দুনা লৌগনি।"

সুরজিৎনা নোকফেং তৌনা হাইরকই

"পৃথিবীগী ইতিহাসদা করম্বা মতমদা অশোনবনা অকনবদগী পাঙ্গলনা মুন্দুনা লৌবা ঙম্মা লৈখ্রবগে !"

ব্রিগেডিয়ারনা শাওনা হাইরকই

"ঐখোইবু অশোনবা মীগী প্রমাণ [illegible], ভারত সরকারবু অস্থক কুইনা নৈবা ঙম্লকইবা ঐখোইবো !"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"ভারত সরকারগা [illegible] নম্রিবগা অহলগা পাবগুম্বনি। ভারত সরকারনা [illegible] নিংলবদি নোংমদা নখোইবু উৎ ওইহনবা ঙমগনি।"

ব্রিগেডিয়ারনা শাওবনা ফিঙ্গত্তুনা [illegible],

"ঐখোইদনা ঙমদ্রগস্থ পাকিস্থানগা চীনাগগী [illegible] লৌরগা থেংনগনি"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"কল্লক পেন্নবা ঙাংবদি [illegible] পাকিস্থানগা চীনাগনা খুৎলাই অতেকপা খর 'পবক'।। অমসুং নখোইনা ইনশিল্লকপদি য়াই ফোংনা চোংথোক্তুনা নখোইগী লাল পাংলবা হাইবদুদি বদোইঙেদস্থ তৌররোইদবনি"

ব্রিগেডিয়ারনা মবুক্লিং খর হল্লপ [illegible] হাইরকই,

"মাদুগীস্থ তাঞ্জা লাকখিনি।"

সুরজিৎনা ব্রিগেডিয়ারবু থেম্বগী মওংদা হাইরকই

"অদুগী শরুকপুদি ঐ রা অমা হাইগে তাও, ব্রিগেডিয়ার। আমেরিকাগী নেগ্রোশিংনা হৌজিক তৌরিবসি নখোইসু খবরদা মথেংনররিগনি। নেগ্রো হাইবসি অঙোবা কাংবুদগী পুংত্তোং গোঙানবা জাৎনি। অদুবু মখোই অঙোবা কাংবুদগী তোঙান্না লৈগে খক হাইদে। মখোইগা অঙোবশিংগা থোং মান্নবা পুল্লগা আমেরি-কাগী অপুনবা সমাজ অমা শেম্নবা হোৎনরি নেগ্রো মপান্দল কনখ্রবা মরিংজেন লৈখ্রবা জাৎনি। অদুবু মখোইগী লুচিংবা ডাক্তর মার্টিন লুথর কিংগী লুচিং মখাদা নেগ্রোশিংনা অহিংসাগী লম্বীনা মখোইগী অচুম্বা অধিকার ফংননবা তান্নি। মীওইনা থুরবা এলাকা অমগী মনুংদা মাগী মাগী ট্রাইপ্তা খাজিন্দুনা লৈবগী যুগ অদু হৌজিক নত্রে হৌজিক এটোমগী, স্পেসকী যুগ লাক্লবা মতম অসিদা পিকশিল্লকইবা পৃথিবীসিগী মশক থংনবা অমসুং চাওখৎপগী খোংচৎ ইনবা ঙম্নবা নখোই ঐখোইগী মিংয়েং অসি পাক্ল-চাওনা য়েংবা হৈবা দরকারনি।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

"নেগ্রোগীনা নেগ্রোগী রানি, নাগাগীনা ঐখোইগী রানি।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

'থংদ্রে, নংনা হাইরিমখৈ লৌররোই হাইরবদি কৈদৌনি। অদুগনে নখোইনা মণিপুরগী চীংগী লম থর নাগা লেগুদা লৌশিন-গনি হাইবা সম্রাজ্যবাদীগী রাদুমা থাদোকউকো।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

'করিগী থাদোক্কনি, মাদু ঐখোইগী দাবী অমনি।"

সুরজিৎনা খুল্লকই,

"মণিপুরগী নাগা অয়াম্বনা মাদু পামদে। নাগা লেগুগী মীশিংনা লম লোশিন্নি'দুনা সম্রাজ্যবাদীগী নীতি শান্নরকপনি হাইনা মখোইনা লৌই।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইবকই,

"মখোই ঐখোই ইচিন ইনাওনি, নাগা মশেলনি।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"ঐখোইগনা হেন্না নব্রবা মতম কুইনা লৈনিন্নবব্রবা ইচিন ইনাওনি।"

ব্রিগেডিয়াবনা হাইরকই,

"মখোইগী মী য়াম্না ঐখোইগী ইরক্তা যাওদুনা দাবী অসি মখোই ঐখোই তানমিন্নরি।"

সুরজিৎনা খুল্লকই,

"মিংবা কাইবা মী খবদনি নখোইগী নরক্তা য়াওবদি, মণিপুরগী নাগা অয়াম্বনা সুকয়া য়াদে।"

ব্রিগেডিয়ারনা হংলকই,

"করম্না খংই।"

সুরজিৎনা খুল্লকই,

"নখোইনা মণিপুবগী নাগাশিংবু হাৎলিবা ওৎনৈন্নিবা অসিনা অদুম প্রমান ওইরে। কিহল্লগা নয়াম্বুসু চিংনবা হোৎনগে হাইবা নত্র:দা।"

ব্রিগেডিয়ারনা হাইরকই,

"ওঝা ব্রা য়াম্না ঙাংদুনা কাম্নদে, ঐখোইনা তোগে হাইনা নিংবা থবক অদু ইশানা থংনা তৌবনি। মাসিদা অকাইবা ঙাং-লবদি ওঝাগী মতুংদা ফংলোই, ব্রার্নিং পিরিবসিনি।"

মতম অসিদা লালহোবা সিকাই অমা লাক্কুনা ব্রিগেডিয়ারদা লনচকী শেম শাদুনা লৈরে, মহাম ঙাইরে হাইদুনা তাক্লে। ব্রিগেডিয়ারনা সুরজিৎপু কৈশুমশংদা পুশিনহনখ্রে, মহাকপু লনচ চাবা চৎখ্রে।

সুরজিৎনা কৈশুমশংদা মথন্দা থল্লি মখোই অসিবু চানবি ওইনা মবুক্লিং চপ-মুংনা লেপ্লত্রা নত্রগা পোৎ য়াম্না খুদোংচাবা য়াম্না ফংননবগীদমক ব্রা অচো-অচৌবা কল্ল-কল্লা ঙাংলিত্রা। অমুকস্থ থল্লি করি মরমদগী মখোইগী মবুকচেল অসি ভারতগী অমুক য়াম্না লাপথোকথিবনো। শেলদা, মপাঙ্গলদা, হিরম খুদিংদা মখোইনা কনাগুম্বা অমগী মতেং য়াওদনা মখোই মশা মথন্দনা ইণ্ডিপেণ্ডেণ্ট সোভরেন ষ্টেট অমা ওইনা লৈবা হাইবসি নোংমা কানা হিংবা ঙম্লোইদবনি, অদু মখোই মশাসু থংলিবনি। অদুদি কনানা ইন-শিন্দুনা ওইবা য়াদবা দাবী অসি তৌরিবনো। মখোইগী দাবী অসি ইথামক থাত্রগদি মমৈদা করি ওইরকপা য়াবা। অসিগুম্বা ব্রাকম কয়া মরুম অসি থবক লৈতবা বন্দী ভাদুনা লৈরিবা সুরজিৎনা মবুক্লিংদা মওল মওল মথল মথেন্ নাইনা থল্লকই। মানা ব্রানা থল্লিবদি মণিপুরগী চৌংগী ইচিন ইনাওশিং অসিবু মখোইগী থবক অসিদগী থাইদোক্লবা অদুদনি।

## অরামাথোইশুবা পন্দুপ

লাইথুং অরুবদি কোক্লবা হিদাক লৈ ইকাইবা-থংদবা মীগীদি হিদাক লৈতে। উইলিয়ম অসিসু অসিগুম্বা মীতা জাং অমনি। ইশাবেলগী মমুমদা চংলুবদা মমাংঙৈদা চোপ্পা নংলক্লবনি অদুবু ঙসিসু ইশাবেলগী মমুমদ কোইরুখিগে হাইনা মবুক্ত থল্লি হন্দক-মুক্তা মহাক্কী মমাই কনবদু কল্লিংঙাই লম্বী অমতংদি লৈ। সুবক্তিংপু নাগা লালহৌবশিংনা ফাখীবগী পাওসি ইশাবেলদা তাকপিবা ওইনা উইলিয়ম ইশাবেলগী মমুমদা চংলুগে হাইদুনা থোরকই। মহাক্না অসুম লাকপদা লম্বীদা তাংথুনা নিপা অনি বা ঙাংনদুনা চংলম্মি। নিপা অমনা হাইরকই,

"হন্দক লালহৌবশিংনা হেড মাষ্টরবু ফাখিবসিদি মুপী অঙাং পুম্নমক হেক মুঙাইনদেদা।"

অমনা খুম্লকই,

"চুমদবা থবক্নিনে, মখোইনা লালহৌরগা সরকারগা অতুম থেংনজো করিগী মরক ময়াগী মীদা ফবাবা পিরিবনো?"

উইলিয়মনা মখোইগী বাদু তাদুনা মখোইগী মনাক্তা চংশিনকুনা হাইরকই,

"মখো নত্তা মখো শারুরবদি বাজবা হাইবদুনিদনা।"

নিপা অমনা হংলকই

"মানা করি তৌরুরবগেনে ?"

উইলিয়ম্না খুল্লকই,

"মানদি মীগী থবক্তু লাল্লি হাইরুরে, অতুদবুদি থর রারক্তবা য়ারিবরদো।"

নিপা অমনা হাইরকই,

"ঐখোইগী ইচা শিং ছাত্রশিংনা হাইবদি মাদি করিস্থ কাইদে, মৈতৈগা চীংমীগা মুংশিননবা রা হাইবনি হ না।"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"অদুনি কাইরিবসে।"

নিপা অমনা হাইরকই,

"এ মী মুংশিনবসি অকাইবা ওইরে। অদুদি মখোইগী থবকসি ফংলম্মরোই"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"ঐখোইদি নাগা মশেল হান্না মুংশিনখিগদবনি অদুগা কোম্না অতৈগা মুংশিনবগী রা লাক্কনি।"

নিপা অমনা খুল্লকই,

"অদু মুংশিননবস্থ অদুম হোৎনজৌ, করিগী মীবু হাংপগা কাবগা তৌরিবগে ?"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"মীসিদি অকিবা থর থংহল্লগা চৎপনি। তাংখুলশিং অসি

ঐখোয়না কয়া হাইবিরে মখোইগী ফগদোবদি নাগালেণ্ডগী নাগা-শিংগা তিন্নরগদা ফগদবনি, অদুবু অয়াম্বনা মনা-ওইনা তাদে।"

নিপা অমনা হাইরকই,

"তাংথুন্না তাদ্রগা মৈতৈ ফারুদুনা কৈদোনি।"

উইলিয়ম্না শাওনা হাইরকই.

"নখোইনা থং-পোৎ নত্তেদা ইচিনাওশা। নখোইস্থ হাইবিরিবসিনি ঐখোইনা হাইরিবসি ইল্লু নত্রবদি মতম অমদা অরাবা নংজনি।"

অসি হাইরম্লগা উইলিয়ম চৎখ্রে। নিপা অনিদু মখোই মশেল ঙাংনহৌই। অমনা হাই,

"মখোইসি চাওনা পাল্লেদ', সরাকারসি লৈতবগুমখ্রেদকো।"

অমনা হাইরকই,

" নোংমৈ অতেকপা খর পাইরে হাইদুনা চাওথোকচবা শারিবনি।"

অসি ঙাংন-ঙাংননা নিপা অনিদুস্থ মখোইগী চৎকদবা লম্বীদা চৎখ্রে। উইলিয়ম্না ইশাবেলগী ময়ুম য়োরদুনা ইশাবেলগী লাইব্রিক পানবা কাদা চংখি। মতম অসি সুংথিল স্থমিদাংবাইরম্নি। ইশাবেল মথন্নাই স্থঙাইতানা লাইরিক্তি ফাক্তোরুগা পাদি পাদনা ব্রাখল তোদুনা লৈরম্মি। উইলিয়ম্না "গুড ইভনিং ইশাবেল" হাইরগা মীনা ফম্মু-লাকউ ইহাই হাইদানা মথন্দা চৌকি অমদা ঙেক ফমথৈ। ইশাবেলনা ব্রাস্থ লানস্থ ঙাংদে, ইঙক ঙক্কা অমস্থং অহাংবা মিৎয়েংনা উইলিয়মদা য়েংই। উইলিয়ম্না হাইরকই,

"ইশাবেল, হেড মাষ্টর ওয়াং অহিং নাগা লালহৌবশিংনা ফাখে, হাইবা পাও তারব্রা ?"

ইশাবেলনা খুম্লকই,

"তারে ওঝা"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"ঐখোইগীদি ঐখোইগী মকোক ওইবা কোলিগ'ননা—মুংবু মুতাইতেনে।"

মুতাইনা মুতাইতবা শাবত্তুদা ইশাবেলনা তানিংত্রব্রনা মীশোকপা য়াহৈদা হাইরকই,

"অফবা মীদি ফত্তবা মথুত্তা মীগী অরাবা নংবসি য়াম্না থোক্কল্লি। ওঝ ত্তু অফবা মীনি অদুননি—"

উইলিয়ম্না খুনা মরাল লৈথোক্লবা ওইনা য়ানশিল্লকই

'অকবগা অপংবগা পুন্নগা খর হেন্না থোক্কল্লি। ওঝাত্তু পংমল্লি হৌজিক উখুলগী ফিভমসিদবু অহিং থেংনা চথোকপা চুম্ব্রাও?"

ইশাবেলনা খুমম্লকই,

"মাত্তু পাও থোক্লবা অরেম্বা য়ানি, অত্তু নত্রবস্থ মখোইনা মওং অমা তৌত্তুনা অত্তুম ওসি খংদে হয়েং খংদে ফাখ্রগদবনি ।"

উইলিয়ম্না নাগা লালহৌবশিংগী শক্তি উৎনিংবা ওইনা হাইরকই,

"হোই অত্তুবুদি মখোইনবু নিংখ্রবদি অহিং খংদে মুংথিস খংদে মখোইনা তৌবা ওমদবা থবক্তি লৈত্রেদনা। মাসিগীনা কোর থোক-অ থোকঅবা লাকনি, ইশাবেল ওসিদি ঐ নওোন্দা অরেপ্পা য়া অমা হাইগে লাকইবনি। মতেক ময়াদা ওাংলরোই মতিংদা হেক্তা হাইগে।"

ইশাবেলনা তানিংদদুনা মমাই লৈথোক্লগা খুল্লকই,

"করিনো ওঝা ?"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"ইবাম্নি—ইবাম্নি লুহোংলসিনা ইশাবেল।"

ইশাবেলনা মমাই শুক্কোক্লা য়েংলগা হাইরকই,

"ওঝা ঐঙোন্দা অদুগুম্বা ৱাদু অমুক হন্না হাইবিগনু।"

উইলিয়ম্না হাইবকই,

"অমুক্কমক হাইগে য়াদা য়াওনে।"

ইশাবেলনা শাওনা খুল্লকই,

"য়ানিংদদুনা হাইরিবনিনে ওঝা।"

উইলিয়ম্না হাইরকই,

"মুম্না খল্লু ইশাবেল, ঐনা হাইরিবসি য়ারবদি নংবু মপোক-অসিমগী মুঙাইনা মহারানীগুম্না থমগে।"

ইশাবেলনা খুল্লকই

"ঐদি করিস্ থ লৈত্রবি লুথ্রাবি মচানি ওঝা, অদুগুম্বা মুঙাইবদুস্থ পামজদে।"

উইলিয়ম্না শাওগৎলক্লদুনা হাইরকই,

"ইশাবেল নং ঐনা উথুল অসিদা করি তৌবা ওম্মি খংইদনা। নিংথিনা হাইনবা য়াদ্রগা ঐনা তৌনিঙাই লম্বী য়াম্না লৈ।"

ইশাবেলনা খুল্লকই,

"ইবুঙ্গিংনা য়ানিংদববু ইচিম্না করম্না য়াগনি ওঝা। খংই ওঝাখোইদি য়াম্না খুৎকন পাঙনবা মীনি। ঐগুম্বা মুপীমচা অমদা শিংনরগা ওঝাগী করি লেম্বগে ?"

মভাং অসিদা ইশাবেলগী মামন্তু চংলকই। উইলিয়ম কম্নথা উদ্রুনা মানা হংলকই,

“ইবুঙো উইলিয়ম কৈদৌরম্মিরনো ?”

উইলিয়মনা খুম্মি,

“হেড মাষ্টর সুরজিৎতু ফাখ্রে হাইদ্রুনা ইশাবেলদা পাও তাকপিগে লাক্লম্মিবনি।”

মামনা হাইরকই,

“হোইনে ওস্নোক্লা নুঙাইখিদ্রে, হেড মাষ্টরস্তু কথ্রবা মীনি।” উইলিয়মনা মানা ঙাংননিংবা রাদু ঙাংনবা য়ারোই থংলদ্রুনা ইশাবেল অমস্তুং মাগী মামদগী বিদায় লৌদ্রুনা চৎখ্রে।

## তরানিথোইশুবা পন্দুপ

উইলিয়মনা খল্লি ইশাবেলগী মরমদা করি তৌনিঙাই লৈরি। উইলিয়মনা চংঙ্রবা থবক্তা মরকময়াদা তোকপা মী নত্তে, থোইদোক হেন্দোক্না ইশাবেলগী মরমদা সমুদ্র নৈবগুম নৈদৌরি। ইশাবেল মশাদা হাইবদদি ইকাইবননি খংদে য়ানিংদবনি খংদে নিংবা থুংবা পাওথুম কংত্রে অদুবু শোইদনা মথুং চন্নবা মমাদা হাইগে হাইনা নিংজুনা উইলিয়ম শিরোইদা ইশাবেলগী মমাগী মনাক্তা নোংমা ল্যাক্লে। ইশাবেলগী মমাসি কনা লৈত্রবি লুখ্রাবীনি; অমতা ঙাইজবি মচানুপী ইশাবেলবু শজিক থবাগুম য়েংজুনা লৈজরিবিনি। মশক খংদবা নিপা পাখং অমা ইকোই কোইদনা চংলকপা উজুনা ইশাবেলগী মমানা হংই,

"ইবুঙো নংবু কনানো, করি থবকী ল্যাকপনো?"

উইলিয়মনা খুমকই,

"ইমা ঐবু খংত্রিব্রাও!"

ইশাবেল' মমানা হাইরকই,

"পোকচৈগী নশক অমুক্তা উত্রিবনিনা খংদেদনা ইবুঙো।"

উইলিয়মনা হাইরকই.

ঐনা হাইবদি, উথ্রুলগী থুন পুন্নমক অসিদা ঐগী ইমিং শেং-কাইনা চংলিবনি; ইমাসু মতারিনি, উথ্রুল খুঙ্গাওদা হাইনা—হন্না প্যালিবা হায়স্কুলগী ওকা ওইরিবা উইলি... হাইবদু ঐনিনে ইমা।"

ইশাবেল মমানা হাইরকই,

"ও ; ঐখোই খুন্দগী উখ্‌ল্‌দা লাইব্রিক তম্লুবা অঙাংশিংনা মোইরাং নোংবানগুম ফজবা ওব্বা অমা য়াওই হাইবদু ইবুঙোরা ?"

উইলিয়মনা মথরাই পেন্না নোকচবদুনা হন্নাওনা হাইরকই,

'প্রমাণ লৈতবগী অদুক তোবা হাইবদুনি ইমা, থাইনগী খুগ্রাং তোংলিঙৈগী চাওখৎতবা নোংবানজাত্তু নত্তে ইমা ; নোংবান-মক ওইরবস্থু কুনশুবা শতাব্দীগী অপ টু ডেৎ ওইবা নোংবান্নি।"

ইশাবেলগী মমানা অর্থদি থংদে হাইববু থর নোক্লিংবা য়াওনা হাইরকই,

"ইবুঙো, ইমাখোইদি নখোইগী নরোনসি অমতবু থংদে। হোই, নং অঙোবা অপানবা মী অমদি ওইরেদনা। অদুবু করি থবক্তী লাকপনোনে ?"

উইলিয়ম ঙাইহাক্তং য়াথল তোরগা খুন্নকই,

"য়েঙোই ইমা, ঐদিনে ইশাগী থবক্তা ইশামক্তা শিন্নবনা খ্বাইদগী কৈ হাইবদুদা চৎপা মৌনি।"

ইশাবেল' মমানা য়ান্নকই,

"ইশাগী থবকপুদি ইশানা শিন্নবনা ফত্তবদিকো ইবুঙো।"

উইলিয়মনা ইশাবেলগী মমাগী য়া-পাং ফংবগী থোনাগা লোইননা হাইরকই,

"অদুগনে ঐদি য়াসি মতিংন্দদা জম জম হেক্তা ঙাংবা জাৎনি।"

ইশাবেল' মমানা পাংশিল্লি,

"চুম্মি য়াচোই ঙাংঙ্দুনা কৈদৌননি।"

উইলিয়মনা য়ারনি হাইবগী থাজবগা লোইননা হাইরকই,

"ঐনা লাক্লিবসি ইমা, ইশাবেলবু হাইবা লাক্লিবনি।"

ইশাবেল' মমানা হংই,

"কনাগীদমক ?"

উইলিয়মনা মখুদোনবিনা মশাদা ওনশিন্দুনা থিল্লগা হাইরকই,

"মীগীদমকপু ঐনা হাইরুগদ্রাও ইমা, ঐগীনে।"

ইশাবেল' মমানা ঙবপস্তু নোক্লিংবস্থু খর য়াওনা হাইরকই,

"ইবুঙোনা ঙসাইমথৈ ইশাগী ব্রা মঙিংদা ঙাংবা হাইবদি অসি ওইরে।"

উইলিয়মনা' চেকশিন্না হা রবই,

"ব্রারে বা য়াদেকো ইমা ঐগীসি পুক্লিং চপ-য়ুংলদুনা হাইরবনি। শোইদনা ঐঙোন্দা থাজদবা য়াদে।"

ইশাবেলগী মমানা হুয়রবই

"মরাইবকপু ফবনি, অদুবু মশাগী ব্রা অমতা তাদনা ঐনা ব্রা হেক লোইথোকপদি ঙমদে দা ইবুঙো। মশাগী ব্রা হংখিগে"

উইলিয়মনা খর নিংবা ওাইনা হাইরবই,

"অঙাংগীবু মশাগা ব্রা হাইবা লৈব্রাও; অমল ওইরিবদুনা অসি তো হাইরগা লোইরে। ঐখোঙ সনা হেনখ্রবা মীনি অদুবু অহল লমম্না হাইবদা ফেৎ লৈথোকপা পোৎ নত্তে। অদুগনে ইমা, ঐঙোন্দা লৈরবদিনে মুঙাইনা মানা তৌনিংবদা তৌদুনা মহারাণী-দোনা লৈগদৌরিবনি"

ইশাবেলগী মমানা হরাওনা হাইবকই,

"ইচানুপীনা মহারাণী ওইরবদি ঐদি মবোক ইবেমা ওইবা তারেদনা"

উইলিয়মমস্তু নোল্লদুনা হাইবকই,

"অদুদগী খরবু হেন্দোরিবনি—অদুনা যানবা কম্না হাইয়ুকো ইমা, ঙসিদি ঐ চৎলগে।"

অসি হাইরম্লগা উইলিয়ম চৎখ্রে।

## তরাহুমদোইশুবা পন্দুপ

সুরজিৎপু নাগা লালহোবশিংনা ফাখ্রে হাইবসি ফাখিবা মতুং নোংঙানবগা উখ্রুল হেড ক্বার্টরগী মী পুন্নমক্না পাও তানরে। মী অয়াম্বনা মথৱাই মুঙাইনদে, খ্বাইদগী হেন্না ৱাবা মীশক্না ইশাবেলনি। ইশাবেল মথৱাই ৱাবগা মুংবংনদুনা তৌভম খংদনা লৈবা মীদি নত্তে। মপুন্সিগী লাই ওইনা লাৎচবা মী অসিগী অৱাবা তারিবসি কোক্ৱবা করিনো অমা তৌগে হাইনা মবুক্তা থোইরাংননা থল্লে। থোইরাং-নবগী মরমদি করিনো অমা তৌগেদি নিংলগা তৌগদৌরিবসি করিনো হাইবগী লংজিন থিবা খংদবগীনি। মহাক্না হৈ-শিংনা অমুসুং লোম্না থুগ্না পাও হংদুনা সুরজিৎপু নাগা লালহোবশিংনা তোল্লোইগী কেম্পদা থম্লি হাইবসি খংলে। করম্না উপায়না কনবা য়াগদগে হাইবসি তুম্বা চাবা চংদবখৈ ইশাবেলনা মুমিৎ নিনিহুম্নি মবুক্নিংদা মওল মওল থল্লে, মীঙোন্দসু হাইদোক্তুনা তাম্নবা য়াবা ৱাফম নত্তে। মমৈদা লম্বী অমা উরে, মথৱাই মুঙাইরে।

উখ্রুলগী হোম গার্ডতা য়াওবগী পুন্সিগী নোংমৈ অমা লৈ। মহাক তোল্লোইগী মীনি। তোল্লোইদা মানা হান্না লৈরম্বা য়ুমদু হৌজিক ফাওবা মীদি য়াওদনা শো-লোন্দুনা লৈরি। সুরজিৎপু নাগা লালহোবশিংনা ফাখিবদগী পুন্সিসি মথৱাই য়ান্না মুঙাইতনা

গতিদি লৈতনা মুংশুক মুংজাননা ওঝাদো কদৌঙৈ লাক্কবা হাইনা খন্দুনা লৈরম্মি। উখুলগী মমুংদা ইশাবেলগী মথংদা সুরজিৎপু মবুক শেংনা মুংশিজবা পুন্সিনি। ইশাবেলনা পুন্সিগী মতেং লৌগে হাইনা খল্লে। মহাক্না লাক্কুনঃ পুন্সিগী মফমদা সুরজিৎপু কন্নবা মহাক্কি থৌরম অদু ৱারি শাররে। মাগী থৌরমদি অসিনি—মহাক্না পুন্সিগা তোল্লোই খুন্দা চৎকনি; মহাক্না নিপাগী ফিজেৎ শেৎলগা হাইবদি নাগা লালহৌবগী সিপাইগী পোশাক শেৎলগা পুন্সিগী নোংমৈ অদু পাইদুনা উখুল হোম গার্ড য়াওনি দদুনা নোংমৈ পুবগা লালহৌবশিংগী মরক্তা য়াওগে হাইদুনা তোল্লোই কেম্প তান্না চেন্নকইবনি হাইজিন্নদুনা লালহৌবশিংগী মরক্তা চংদুনা লৈগনি; অদুগা সুরজিৎপু থাদোক্কবা লম্বী য়েংগনি। থৌরম অসি পাংননবা শিনবদা পুন্সিবু মতেং পিয়ু অমসুং মানা হাইব হাইবদুগী মতুং ইন্না থবক তৌ হাইদুনা ইশাবেলনা পুন্সিদা হাইরকই। পুন্সিনা ইশাবেলবু ঙকপা অমসুং থাগৎনিংবগা লোইননা ওঝাগীদমক মথৱাই ফাওবা কৎকনি, তৌ হাইবা পুন্নমক তৌগে হাইনা য়ারে।

পুন্সিগা ৱারম পুন্নমক ঙাংনববা মতুং নোংমা কোনবা অদুদা ইশাবেলনা মাগী মামদা হাইরে মাদুদি পরিক্ষাসু লোইরবনিনা মহাক মঙা তরানিদং মমাগী মনাক্তা চৎলুথিগে পুন্সিবু খর থিনবিয়ু হাইদুনা নেকচরে। ইশাবেলনা লোন্না হোৎনদুনা উখুল হোসপিতালদগী ক্লোরোফোর্ম খরসু ফংলে। মামদগী বিদায় লৌরগা ইশাবেল পুন্সিগা লোইননা শিরোইরোমদদি চত্রদুনা তোল্লোইরোমদা লাক্লে।

তোল্লোইদা পুন্সিগী অমনবা ঘুম অদুদা থুংলগা মশম অদু লুতুং-লোমদা খোগোৎপা হাইগৎলগী লুখমদা তুবৎনা সুপা মাম্নবা পুন্সিবু ককথৎহল্লে। থাকী অশংবগী সিপাইগী পোকশাক্ত শেৎচিল্লগা নোংমৈদু মথৎনা পাইদুনা থুৎলোইনবা ইশাবেলনা তশ্মি। ব্রাঙাংদা নিপা মাম্নবা থর শংদোক্লা শাইদুনা ঙাংঙু হাইদুনা পুন্সিনা তশ্বি। নোংঙাল্লগা পুন্সিনা কোইচৎ চত্তুনা মীঙোন্দা হংদুনা সুরজিৎপু ফাদুনা থম্লিবা মফম অমসুং মাদু তাম্না মনিংলোমদগী ফাওগত্তুনা চ বা য়াবা অশম্না লম্বী থংদোরক্লে। অদুদগী পুন্সিনা ইশাবেলদা হাইরকই,

'ইবেম্মা নংগুম্বা মুপীমচা অমবু নথন্দা থাদোকখ্রগা ঐনা সিদা লৈহোবা ঙম্মোই, ঐসু চৎকনি, মখোই লালহোবশিংনা ঐঙোন্দা কৈদোজরনি। মখোইনা ঐবু হাংখ্রবসু ওঝাবু অমুক্তং উম্নবা ফংলবদি ঐ পেল্লগনি।"

মরৈ য়েৎনদুনা কাম্নরোইদবা পুন্সিনি; অদুনা ইশাবেলনা থোরম অমা হোংলসি হাইরে। মাদুদি মবাম্নি অহিং অথেংবদা মীনা য়াম্না কম্না তুম্ন হিপ্নবা কান্দা সুরজিৎপু থম্লিবা মফমদা লোম্না চৎখ্রগা মী পুম্নমক তুম্নখ্রে, শম্রী মথন্দা ঙাইরে হাইবা মতমদা চংদুনা শম্রিবু ক্লোরোফোর্ম্ম শিথহল্লগা সুরজিৎপু থাদোক্লবা হোৎনবা। ঙাংনবা মতুং ইম্না ইশাবেল পুন্সি অহিং অথেংবদা লাক্লে। মরাইবক ফদুনা মী পুম্নমক তুম্নম্লে; সুরজিৎপু শংবা শম্রিসু তুম্নিংবনা উইরম্মি। পুন্সিনা মতুংলোমদগী চংলক্তুনা মমাইদা ক্লোরফোম উপশিনবদা শম্রি ইক-লাওনা থাম্লখ্রে।

চৌদ্দা শাৎপা

তুম্বা য়াদদুনা বন্দীশং মনুংদা ম্নাথল তৌদুনা ফম্লম্বা স্থরজিৎনা ওক্লা য়েংদুনা লৈ। ইশাবেলনা চংশিন্নক্কুনা স্থরজিত্তা মাগা পুন্সিগা লাক্লি হাইবা তাক্লে। চিংনবা কোক্লবা স্থরজিৎনা পিবা খুদোপ অদু উৎলে। থিনবা য়াদ্রে থুনা চৎসি হাইদুনা ইশাবেলনা স্থরজিৎকী মখুৎ পাইদুনা চিংখৎলি। পুন্সিনা স্থরজিৎপু মুম্না য়েংলগা মমিত্তগী মপি মতুম-মতুম শিন্থে।

ইশাবেলনা উৎপা খুদোপ্তু উরগা মী স ইশাবেলান হাইবদি থংলগা করম হাইনা তৌরকইবনো থনধর্মদি থোক্তুনা স্থরজিৎনা মম্ত্রনা শুমহৎপা লীনগুম ইশাবেলগী মতুং ইন্নবা হৌগৎলি। পুন্সিনা লমজিংদুনা মখোই অহুম অশঙ্গা চিংলম্বীদা লাক্কুনা নোংঙানগদবা মতম খর ৱাৎলিদৈদা তোল্লোই খুন্দা পুন্সিগা য়ু দা য়ৌরে। ইশাবেল মফি মরোল হোংদোক্লে। অদুদগী মখোই অহুম থিনবা তৌদানা উখুল তান্না চৎলসি হাইদুনা লোল্লোইদগী খোংশন্দোক্লে। নাগা লালহৌবশিংগী কেম্পতগী য়াম্না লাপ্না চথোরক্লবা মতমদা মখোই অহুম মুংশাশোর খর চনিংতানা হেঞ্জরে। স্থরজিৎনা ৱারি শাবা হৌরকই,

"ইশাবেল, ঐহাক্তি নঙোন্দা পুন্সি অসিমগী শিংবা ওম্ম-রোইদবা লমন তোল্লেদকো।"

মুংশিবগীদমক তৌবা থবক্তি লমন শিংলক্কনি হাইবগা তৌবা নত্তে, থবক অদু তৌরগা মথৱাই পেঞ্জদুনা তৌবনি হাইনা ইশাবেলনা খুম্নিংই, অদুবু পুন্সি য়াওবদুদা অমা ওইনা খুম্লবই,

"ওঝা, ওঝানা লাইরিক তম্বিরকপড়ুগী লমন খজিক্কং শিংজ· বনি ।"

স্থর'জিংনা হাইরকই,

'ইশাবেল, নংগী পুন্সি ঈশ্বরনা মহৈ য়ালহনবা ওইসনু ।"

ইশাবেলনা খুশ্মি,

'ঐনা নিংজবা মীনা বর পিবিরবদি থুংগনি ওঝা,"

অসি হাইরগা স্থরজিত্তা য়েংডুনা মমিংনা নোকই। স্থরজিংস্থ ইশাবেলদা মুগ্না য়েংলগা মচিনবান খোইরুম তৌই।

নোংঙাল্লে লম্বীদা মী চংপা উনরে। মখোই অলম পুল্লপ চংমিন্নবস্থ মীনা উরগা ফল্রে হইতুনা স্থর'জংনা পুন্সিগা ইশাবেল'বু লম্বী অমদা চংহনখ্রে, মহাক্না অতোপ্পা লম্বী অমদা উখ্রুল হেডক্ টর তম্না লাকই। কাইনদ্রিস্টেদা স্থরজিংনা মহাক্না ইম্ফালদা শিল্লিবা থোরাং অদু থবক থুনা লৌথংনবা মহাক স্থমিং খরনিসিগী মন্থুংদা ইম্ফাল চৎকনি হাইখি। ইশাবেলগা পুন্সিগনা শিরোইদা ইশাবেলগী মমাগী মনাক্তা চৎখি।

## তরাম.রিশুবা পন্দুপ

নোংমা নরেনগী ময়ুমদা সি,আই,ডি, গী ডি,এস,পি, লাক্কুনা মাঙোন্দা হাইরে মাতুদি হোটেল মিউজিয়ম ভিউগী মথাথংবা কা অচৌবা অমদা মথোং চাদবা থকসি থাসি নাইদবা নহারোল কয়ামরুম পুন্দুনা রিভোলুসনারী পার্টি অমা শেংতুনা মথোইগী থে রম, অচিক অকোম ইতত্তুনা তান্নরি হাইবসি অচৌ অশাংগী মনাকোং য়োরে ; নোংমদি থংহৌদনা ফত্ত-সুংদবা থোক্লবা য়াই ; নরেন্দি হোটেল অসিগী মপুনি হাইবা মপান থোক্তবস্থ মনুংদদি থবাইনা থংনরিবনিনা মহাকস্থ চেন্নবক্কনি, চাকরী ফাওবা চৎপা য়াই ; অদুনা মথোই ময়াম অসি থুনা তান্থোকখিতুনা মাগী হোটেলদা পুলহন্দবা কৈ। ডিঃ এসঃ পিঃ না অসিমস্থ হাইরম্মি মান্নুদি মথোই ময়াম অসিগী লুচিংতুনা শিল্লিবনা স্থরজিৎনি। স্থরজিৎ করম্বা মীওংনো নরেন্না মুন্না থংই, অদুগী মথক্তা মহাক্না নহাল মাগা উন্নবদা ঙাংলম্বা রাশিংতুস্থ নিংশিংই। মহাক্না মথক্কী কাদা কাথোক কাশিন তৌবদা মরক মরক্তা নহারোল কয়ামরুম অমা মথা-থংবা কাজাও অদুদা হেক-হেক রা য়ান্না ঙাংনতুনা ফম্বা উই। ফিভম ময়াম অসিদগী থরনে অদুগা সিঃ আইঃ ডিঃ না হাইরবদি থোইদোক হেন্দোক্না মহাক্কী চাকরী পন্না হাইরকপতুদা চুম্মম্মনি হাইনা লৌনিংবদগী

থরনে নরেন্দ্র [illegible] চামগী মন্নুংদা চামমক অংমানি হাইনা লৌরে। অদুনা ঙ'সদি থবক চপ-চানা ভোগে হাইদুনা নরেন্দ্র অমিসুগী বুক্লুগা হোটেল মিউ'জিয়ম ভিউদা শাওনা লাকই হোটেল মেনেজরগী মরাদগী সু রিভোলুসনারী পার্টি অমা হোটেল অসিদা পুল্লে হাইবা ৱা'স অমুক হেন্না চেৎশিল্লে।

সুরজিৎকী চিঠিদা হাইরকপা মতুংইনা মহাক ঙসি নুমিদাংৱাই-রমদা ইম্ফালদা থুলদম থোকই অদুন মাবু ঙাইসি হাইদুনা লাল্লোই তরেৎকা লোইননা কুলজিৎ রনজিৎ অসিসু মখোইগী নিতিগী ত্রিমফম লাল্লোই তরেৎকী কাদা চংলকই। নরেনগা মতম অমতদা মখোই অনি হোটেল মিউজিয়ম ভিউদা চংমিন্নরকই। নরেন্না মখোইবু উবদা শাওনা য়েংলম্লগা মথক্কী কাদা কাথৎখি। কুলজিৎনা নরেন্দা খুদোনবি থিল্লগা হাইরকই,

"মাসি ঐখোইবু কো-লাক্লেনে হাই, ময়ুমদা থিনবিরম্মি হাই-দুনা শাওরিমাল্লেনে"

রনজিৎনা খুম্লকই,

"হন্দকমুক থেংনরবদি লিক্লি অমা মঙক্তা য়ানশিনখিরগা কৈথেন্দা খোঙ্গোইসি"

কুলজিৎ রনজিৎ লাল্লোই তরেৎকী মন্নুংদা চংলকই। লাল্লোই তরেৎ রাজনীতি ভোবা কাংবুগী ৱা ঙাংনদুনা লৈরম্মি। কনানা পাম-শিন্নদবা শারদুনা পাইশিনগদোগী শরো শিল্লিবা, কনানা কোংনা ইকাই ইকি থংদনা য়াপংনা চিক্তুনা পাইগনি হাইদুনা হোৎনবা, কনানা অপং

লাংদা হোচ্চিন্দুনা থুরবা, কনানা প্রজাগী·লৈ-পারেং লোশ্নগা লৈদুনা খুইকাত্রিভৈদা মমাই লৈখিবা—অসিনচিংবা কয়া ভাংনদুনা রাজনীতি তৌবা কাংবুবু মখোইনা লোক্লরম্মি। কুলজিৎ রনজিৎ রখোইগী মনাক্তা ফমদুনা মখোইগী রাত্রু অস্থম ভারম্বদগী রনজিৎনা হাইরকই,

"মীগী মরা ভাংনদুনা কান্নদে, রা অমা হংগে ইনাওশা। নখোই নমিংদি অফাওবিদা থোল্লেদো — লাল্লোই তরেং — বেস, নখোইনা নহাওইরিভৈদা করি-করি এডভেনচর তৌরক্লবগে? মিংসিগা হাইক্লরবদি য়াম্না তৌরমগদবা মাল্লে হাইবা!"

লাইশ্রম তোলহম্না খুল্লকই,

'তাদা, মণিপুরগুম্বা পিকখ্রবা লেং-ওনবা-চন্দবা লৈবাক চীংনা ইকোই কোইশিনবসিদবু করি এডভেনচর তৌরুগবনো; ঐখোইনা অঙাং ওইরিভৈদা অদুক তৌরকপা হাইববু কলেজ কারকপা ছাত্রী কাদুনা চেনবদা তেংবাংবিবা, আন্দোলনদা শুং থাবা, শক্তা মুংশিদবা য়াওরগা থাবন·চোংবি থুগাইবা, মরক মরক্তা থাংনা অদুক থিন্নবা, অহিং অংথংবদা পুলিশকা য়ুরেম মুন্নবা— অসিগুম্বা . থরদনি।"

রনজিৎনা হাইরকই,

"হোজিক্তি নখোই অচৌবা মসিন অমগী থবক চৎপা তারবনিন্না . মাদুগুম্বা ওক্তবা থবক্তি তৌবা য়াদ্রেকো। অদুগা নখোই হয়েং চেঙ্গোক চেনশিন্দি তৌরোইকো?"

তোলহম্না খুম্মি,

'ঐখোইদি রাজনীতি য়াওবা মীসু নত্তনা করিগী চেন্নুদগে।
ঐখোইবু নহালমখে লমজিংবিবা লৈতত্তুনা তৌবনি, হৌজিক্তি
ঐখোই থবক চপ চানা তৌনি।"

মতুম অসিদা সুরজিৎ উথুলদগী থুংলত্তুনা লাল্লোই তরেংকী
কাদা চংলকই। ময়াম্না মাবু ব্যবহার তৌই। সুরজিৎনা ময়াম্বু
ফমহল্লগা মাসু ফমথরে।

সুরজিৎনা ময়ামদা হাইরকই,

"ইনাওশা নখোই ঐনা হাইরম্বা অদুগী মতুংইন্না নখোইগী
নরমচৎ নবুকচেন শেমগৎলব্রা ?"

তোলহন্না খুম্মি,

"ওম্বমখৈ ফনদি শেমগৎচরে, ঐখোই হান্নগীদি নত্রে।"

সুরজিৎনা হংলকই,

"স্থ থকপা তোক্লব্রা ? মাদু ওম্বসু অচৌবা থবক অমনি।"

তোলহন্না খুম্মি,

"মাদু ওম্মত্তুনা ঐখোই পুংদা থৌনা পোকইবনি। হৌজিক্তি
মখোই নৌনা তমখৎলকপা ফম্মাইবা কাংবু থকচহোরসনু হাইদুনা
ঐখোই পুমতোক তোক্রে"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"ঐনা নখোইদা হন্না হন্না য়াম্না কন্না চরিত্র লৈনবা হাইরিবসি
নখোই ভাব মুন্না ভাগদবসি শরবদি চরিত্র য়াওব্রবা মী অদুবু, জাতি
অদুবু মীনা থাজনিঙাই উইদে। ঐখোইদি অরুবা থবক অমদা হাইবদি
ঐখোইবু চিংনত্তুনা লৈরিবা চাংমীশিংগী মরক্তা লৈত্তুনা মখোইগা

থম্মোই ফাবা ওয়নবা থবক তৌগদৌরি। মাতুদা চরিত্র য়াওদবা অমতং য়াওবদা ঐখোইগী থবক কেল ওইগদৌরিবনি হোষ্টাইল-শিংনা কিহন্দুনা চীংমী প্রজা চিংখিগদবড় ঐখোইগী পুকচেল্লা লিচৎনা, ঐখোইগী সেবানঃ মখোইবু কাগদব'ন।"

ময়াম্না খুম্মি,

"ওম্বমখৈ শেমগৎনবা হোৎনজগে।"

সুরজিৎনা ময়াম ফমহল্লগা ১থক্তা নরেন উয়রুগে হাইদুনা মপান থোরকই মানা হেক থোরকপগা হোটেলগা কাচন অমগী ওসাইমখৈ লাল্লোই তরেৎকী কাদা ওাংনরিবা খ্রা পুয়মক মুল্লা তাদুনা লৈরম্মা পুলিশকী ডি এস পি অমা থোরক্তুনা সুরজিৎতা হাইরকই,

"সুরজিৎ ঐ নংবু ফাগে লাকপনি; অদুবু নঙোন্দা হাইজিল্লিবা চার্জ অসি ওইদবনি হাইবা খংলে ফানিঙাই মরম লৈত্রে।"

সুরজিৎনা ওক্লা হংলকই,

"কনা করি হাইজিল্লিবা?"

ডি, এস, পিনা হাইরকই

"হোটেল অসিগী মপুনা, নংনা রিভোলুসনারী পার্টি অমা শেমদুনা লৈবাক অসিদা রিভোলুসন অমা থোকহনগদৌরে হাইনা রিপোর্ট তৌই। অদুনা ঐ ওসি নহাক অসিদা লাকনি হাইবা পাও তাদুনা নহাকপু ফাগে লাকপনি। হৌজিক্তি খংলে শাজিনবা রিপোর্ট ওইরল্লে।"

অ'সি হাইরম্লগা ডি এস পি মহাক্না সিপাইশিংগা লোইননা মপান থোক্লনা চৎখি ডি, এস, পিগী মরাদগী সুরজিৎনা নরেনবু উম্ননিংবদু অমুক হেল্লে মরম অদুনা মহাক্না নরেন উম্নরুখিগে হাইদুনা থুনা য়াংনা মথক্লোমদা হাইগৎলকই।

সুরজিৎ চংলকপা উদুনা নরেন্না মমাই শুক্তোক্না হংলকই,

"ইতাও ঙ'সি লাকপ্রা?"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"হৌজিক্তা থুংলবদা ঙাইরি ইতাও।"

নরেন্না হাইরকই.

'ইতাও ঙ'সিদি রা অমা হাইগেকো। নখোইননে ঐগী হোটেল মপাদা তৌরিবা থবক অ'সি অথোরিটিগী মনাকোং য়োরে; নোংমদি শোইদনা ঐ অরাবা তাগদোরি। অদুনা ময়ামসি থুনা হোটেল-সিদগী পুথোকখ্রা, মতুংদসু অমুক লাকহল্লসু।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

'ঐখোই করিসু তৌদেনা ইতাও, কনানা করি তৌরে হাই, রবগে?"

নরেন্না হাইরকই

'ইতাও অথুপ্পা থবক তৌবদা মীঙোন্দা হাইদোকপা হৌনদে, ঐ অঙাং নত্রে, খোগোৎপা থংই"

সুরজিৎনা মথল্লাই শোক্না হাইরকই,

"ঐবু থাজত্রব্রা ইতাও!"

নরেন্না খুন্নকই,

"থাজবা মতম লৈরম্মি, ঙসিদি থাজদ্রে ইতাও।"

চান্নরমথ্‌বা নরেনগী মচিন্দগী ব্রাসি তাবদা সুরজিংনা মবুক্লিং মুংশি। মানা চিংনরিবদু মবুকচেন ইতিং তিংনা হাইদোক্লগা ব্রা অশেংবা থংবা য়াবদু তৌদতুনঃ নরেন্না খামুথক্কী তিন্নবা মীঙোন্দা ঙাংগদবা ব্রা ঙাংদা শন্না মখোইবু তান্থোক্লিংবা অমসুং মাবু থাজদবা মতৌদু উদুনা সুরজিংনা মমাই লৈথোক্লুনা মথব্রাই শোক্লা শোল্লি,

"মরুপ-ওইবা নংসি মরুপ হাংপসু ঙম্মি।" অতুদগী নরেন লোমদা ওনশিল্লগা হাইরকই,

'কয়ে ইতাও, নঙোন্দা ব্রাইচিনবা থবক তৌররোই, ঐ চংলগে।"

নরেন্না মমাই ইকন কন্না থৌশাদনা খুন্নকই,

'মুঙাইরে ইতাও, অতুম তৌসিনে।

সুরজিংনা থুনা মথাদা কুমথরক্লগা ময়াম তিল্লিবা মনাক্তা লাকই। নরেন্না হাইরকপা ব্রাদু মানা ময়ামদা তমথোক্লে, ব্রাকম অমা ওইনা হাইরকই মাদুদি হোটেলসিদদি মী য়াম্না তিনবনিনা ব্রা-লান ঙাংনবা মুঙাইতে, মহাক্কী ময়ুমদা ময়াম তিন্নকম ওইরসি, মকম অসি থাদোক্লসি। মীতেক মীরো থংবা রনজিংনা "হৌজিকমক চংসি, মী মাংহনবা হোটেলসিদা চংবিরক্লগা লোইরে" হাইরগা টেবলদা খুত্তুম্না শুই। ময়ামসু চংসি চংসি হাইদুনা হৌগংনদুনা লাক্লে।

সুরজিৎকী মরুপ-ওইবগী য়াখন্দা কুইনা চান্নবা তিন্নরম্বা নরেন্না অসুক কোন্না ইকাইবা পিরক্নি হাইবসি সুরজিত্তা মং-ওইনা থোকই। শক মান্নদগুম পুকমান্নদবা সংসারদা অদু তৌখিবা মরম্না অদু তৌরক্নি হাইবসি পাক-পাক লোবা য়াদে হাইবসি সংসার অসিগী অফবা মাইকৈদা উগনবা সুরজিৎনা অহানবা ওইনা থংই। অদু তৌখিবনা অদু তৌরকপা য়াই হাইবসি পুক মান্নবা মীদগীদি আশা তৌবা য়াই সংসার অসিদা পুক-মান্নবা মীসু থিবা লুই। সুরজিৎনা মবুক্কিংদা ইকাইবা মুত্তাইতবসি মাগী নৌনা থংনরকপা মরুপশিং অসিদা হাইদোকদোবা ইকাই, হাইদোকপদসু ফত্তে হাইনা নিংই। মরমদি সংসারদা নৌনা থোংদারকদোরিবা নহারোলশিং অসিদা অসিগুম্বা মীওইবগী তৌবিমল থংদবগী ফত্তবা য়ারি অসি তাহন্নিংদে। মহাক্কী মবুক্কিং শোপ্পবনসু ওইবা য়াই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মহাক্না নরেনগী মমাংঙৈগী মহাক্কী লৈমিন্নরকপা পুন্সিগী য়ারিদু নহারোলশিং অসিদা অমুক্তা য়ারি শাখিদ্রে। মহাক্কী মবুক মনুংদা অদুম কাওদুনা মাংখ্রসনু হাইনা মানা খল্লি। নরেন্দা য়ারোত্রা? ঙাইহাক্তং য়ারোরম্মি। মতুংদা অমুক হন্না তিন্নগে হাইনা নিংত্রবা মী অ'সদা য়ারোরুবা চুমদ্রে হাইনা খন্দুনা সুরজিৎনা নরেনগী মফমনসু য়ারোবা তৌদ্রে, মরাইবক্না অসুম থোকউ হাইনা তম্মাল্লে খনখ্রে। নরেন্না মুমিৎ খরগী মম্যাংদা অহিং অমা য়ু-ঙাওদুনা তুদুনা লৈরম্বগী ফিভম অদুদি সুরজিৎনা মমিত্তা শং-শং উই!

## তরামঙাশুবা পন্দুপ

পুন্সিগা ইশাবেলগা থুংলবা অদুদা ইশাবেলগী মমা অদু য়াম্না হরাওজরে। মখোইনা য়াচংবা মতমদা থুংলবগী শুহাক লৈরগা চাক থোংন-থোংনা পুন্সিগা ইশাবেলগদা উখ্ললগী ৱা কয়া মমানা হংই। ইশাবেলনা ঙাংবা নংদ্রিঙৈদা পুন্সিনা অথংবা শারদুনা ৱা ময়াম অদু খুম্মি। ৱা ঙাংনিংগনবা মীগী হৌনবা পুন্সিনা ওইদবা কয়া হেক্সিনবা কয়া হাইরকপদা মখোই অহুম নোকমিন্নে পুন্সিনা মাগী ৱাদা মুঙাইরদুনা নোকইবোক নিংই। নোংঙাল্লগা ইশাবেল মমামচা ফম্মিন্নদুনা ৱারি শাই। পুন্সিনা শিং থরা থাইবিরমগে হাইদুনা মুমগী মনিংদা শিং থাইবি।

ইশাবেলগী মমানা মচাদা হংই,

"পরীক্ষাদি লোইরব্রা ইবেম্ম ?"

ইশাবেলনা খুম্মি,

"লোইরে ইমা, ঐ পাশ ওইগনি।"

মমানা হাইরকই,

"মুঙাইরেদা ইচানা হোৎনজবা মহৈ য়াল্লেদনা। অদুগনে ইবেম্মা. ইমানা ৱা অমগা হাইগে। ইমাদি অহল ওইশিল্লক্রেদো, মতাং চানা নখোইনা নয়ুম নকৈ পালহৌবদো ইমান যেংনিংই। উখ্ললদা নখোইগী স্কুলদা ওঝা ওই হাইয়ে উইলিয়ম হাইবদু মশক মতৌনা ফজরিবা মরল মথুম লৈ হাইয়ে, মাঙোন্দা ইমানা নংবু থাজগে নিংই— "

মথা তাম্রিভৈদা ইশাবেলনা য়া থংনা ঙাংলকই,

'ইমা শক্না শেনগবু মীগী থম্মোই লৈবা ঙম্নে !"

মমানা অমুক্না হাইরকই,

"ঐখোইদ ইমঃ ইচাদানদো, মখোইদি য়াম্না থুংকন পাঙনবা শাগৈ ঙাই চাওবা মীনি, মখোইগা ঙাইশেল ওইরবদি ইমা ইচাগী য়াম্না পাঙ্গল ওইগনি "

ইশাবেলনা খুল্লকই,

'সংসার অ সদবু কনানা কনাগীনো ইমা, মচিন মনাও কাওবা ভিন্নবা য়াদবা য়াওই। ঐখোইনা অক্ষবা থবক তৌরগা মীনা মরা-ইনা মুংশিবিগনি, ঐখোইগী মী পিকথল্লা লৈগনি "

মমানা খর য়ারোরপ তৌনা হাইরকই

'খংদ্রেনে নখোইনদি লাইরিক হৈরবনিনা মীনা হাইরিমধৈ তুবং-তুবং হেক ককই, নংগীসিবু ঙম্মোই হাইরিবজাংলা !"

ইশাবেলনা মমাদা মুন্না য়েংলগা মমিত্তা মপি ইরা চেন্না হাইরকই,

'ইম', ঐগীনি হাইবা সংসার অসিদা ইমানা লোইরবদা ইমানা হাইবা য়াদা ঐনা ঙম্মোই হাইবা ইবুঙ্গিংগী য়াদু ইচিব-সিনা হাইদোকপা ঙমত্রবনি ইমা, ইমানা হাইবা ইন্দে হাইদুনা য়ারোবিগনু।"

মমানা ইশাবেলগী মতৌ উরগা থেমজিন্দুনা হাইরকই,

'ইচাসিদি করিগী কপ্লিবগে, নথয়াইনা অদুয়ৌনা পামত্রবদি ইমানা করিগী পিরুদগে। তোক-ওসে। নংগী খুড়া পুন্সিদু ঙদি উথুল চংকনি হাইবনি চাক ইশিং অমুক্তা থোংম্রিরুখিগে।"

হাইরমগা খ মমা চংথবা মতুংদা ইশাবেলনা মথন্দা ফমদুনা অসুম সুবজংপ্ নিংশি দুনা মওল মওল থল্লকই,

'সুংশিবা হাইবসবু করি লাইনা শারিগদনো; রাসু রাই সুংসু সুংঙাই ইতত্তুনা উ নংব' উদবা, লৈমিন্ননিংবা লৈবা ফংদবগীনা' রাই; অদুবু মহাক্না মরমদা অসুম ইথন্দা, রাথলদা লুপচবগসু প'নুং সুঙাই ওঝ সু ঐনা থল্লিবা অসুম্না থল্লমগদ্রা, থল্লবদি সুংঙাইনিদকো। (হাইফেৎ নোকই) ওঝাগী পুক্লিংগী অবেপ্পা অমা কবম হাইনা থংসিবা। ইচিন'সনা হংলুবসু থৌনা লৈজদে (ঙহাক তুমিন থল্লগা) চিঠি অমা ইরগে চিঠিদুগী জবাব পিরকপদা শোইদনা ওঝাগী পুক্লিং থরদি থংবা ঙমগনি"

ফুক হোগত্তুনা চে কলম লৌরগা ইশাবেলনা চিঠি অদু সুরজিত্তা ইবে মবোলদি:—

ওঝা, ওঝাবু অসুক কুইনা ঐগী থাম্মোইদা সুংশিনা লাই ওইনা লাক্করকপ'সদা ঐগী পুক্লিংদা খেরাংবা অমা লৈ। ওঝাগী সুংশিরবা চিনবান্দুদগী ইশাবেল নংবু সুংশি' হাইবা রাহৈসিমতং অমুক্তা তাজনিংবনি। অদুবু ঙসি ফাওবদা মাদু তাবা ফংবা লাইবক-ফবা সুমিত্তু ঐগী ইরাইবক্তা থোক্কে। ঐনদি অতো-লবা জাত্তা পোকপন্বিনা মপোক অসিমগী তাজবা ফংলরোইদ্রা ওঝা? অদুগা ওঝা, ওঝা উইলিয়ম অদু ঐবু য়াম্না পামজনা তোই। ওঝানসু মমাংঙৈদা হাইবিখি। ওঝানা ওঝা উইলিয়মদা থর হাইবিয়ু মাদুদি ঐবু চুম্নগী মচল অমা ওইনতা সুংশিবিয়ু, অতোপ্পা রাথল তৌবিগনু হাইবিয়ু।

নিংজরিবি
ইশাবেল।

চিঠি স ইবা লোইরগা খাও অমদা ... , সুরজিৎকী ঠিকানা থাবে। চাক ইশং চাবা লোইরদুনা কা মতপ, অমা চান-চানা পুন্সি উখল চৎকদবগী থোবক্নে। ইশাবেলনা চিঠিদু পিরগা হাইরকই,

"ওবাদা চিঠিসি শর পিয় খুরা, ফুরিৎথাও মনুংদা চেৎনা হাপচিল্লু, মী অমত্তা উহল্লুবুকো।"

পুন্সিনা খুল্লকই,

"তোরেদো নখোইগী লাইরিক হৈরবনি হাইদুনা চিঠি থাবসীনবু। হাইনিংবা অতৈ লৈববসু ঐঙোন্দা অদুম হাইয়ুনে। ঐখোইগী ইচিনসিসু চিঠিবুদি হেন্না মরোল শেংলিপোৎনি"

মমা থোরক্লমত্রবদি ইশাবেলনা ব্রা অতৈ খরসু হাইরম্বা য়াই অদুবু মমা থোরকপা উবদগী নোক্লদুনা পুন্সিদা, "ফরে চৎলো খুড়া, খুড়াগী লমন তোল্লে" হাইরগা ব্রা লোইশিল্লে। ইশাবেলগী মমানা পুন্সিদা ব্রা অমগা শিন্নৈ মাদুদি ইশাবেল মশানা ইয়া য়াদে অদুনা অমুক মাগী মরমদা খল্লুরগনু লাকসু লাক্লগনু হাইদুনা শোইদনা খল্ল উইলিয়মদা হেক য়োবগা হাইরু হাইদুনা পাও চেল্লি। পুন্সিনা ইশাবেলগী চিঠি অমসুং মমাগী পাও পুদুনা উখল তম্না চৎখে।

## তরাতরুকশুবা পন্দুপ

স্মুরজিৎকী ইম্ফালগী ময়ুম শংলিবা ককচিংগী অহল অসি মমিং লৈতে। হাইবদি লাইগী পুজাগুম্বা তোবদা মাগী মমিং অদু অদুক চংইগদ্রা অদু নত্রবদি মমিংনা মাঙোন্দা করিস্মু কামদ্রে মরমদি মমিং হাইরগা মাবু কনানস্মু খংদে, খুড়া হাইরগদি খোগোৎপনা খংই। স্মুরজিৎনা মাবু খুড়া কৌবদগী নহাদগীনা অহল ফাওবা পুম্নমক্কা মাবু খুড়া ভাক্তা কৌই; মহাক খ্বাইগী খুড়ানি স্মুরজিৎনা উখুলদগী মরক মরক্তা থারকপা শেলদুনা অস্থম চাদুনা মথন্দা লৈবদুদা মতম লেম্নবা ওইনা মৈতৈ পুরানসি য়াম্না কম্না পাই, নৈনৈ। চৈথা বৃন্দাবনদা করম্বা কুমদা করি থোকখিবা শঙ্গাই ফম্যাংদা করি অথুপ্পা রাজনীতি য়াওরিবা, খাগেম্বা য়ুম্বীদা নিংথৌ প্রজা করি হাইনখিবা, শিংকক্তা তুংদা থোক্লগদবা করি হাইরিবা, খাগেম্বা শিংকাপ্তা কদাইদা করি লাইফম ভাক্লিবা—খুড়াদা হংলুবদা খংদবা লৈতে। নৈন-নৈনরগা মৈতৈ পুরান্দা খুড়াগী থাজবসি অস্থকী মতিক হেনগৎলক্লে মাদুদি মমাংভৈদা চাকসি অথোংবা ওইনা পাঙ্গল্মি, ভাইবং মীনা মবুকচেন ফত্তবদগী ফৌওইবিনা শাওদুনা ফৌ ওইনা পালহনখিবনি হাইবসি চিংনবা মচেৎ অমা ফাওবা য়াওদনা থাজে। মরমদি মানা খল্লি হেক থোক্লিবা খৌদোক পুম্নমক অসি

মৈতৈ পুরান্দা হাইবা ঙাক্তা ওইরকই- নৃ ভাষা-ত পবে, মোইথাপ লুপকনি লুপথে, খুবাক অহুম্নক খবর অহং অশা ম্লেচ্ছ চৎখিনি চৎখে। খুড়াগী মোত্তা মিউনিসিপালিটিনা লৈরক খুল্লক্তা মুং-মথৈ চাইথোক্লগা রোলার ভক্তদুনা মুং ময়াম ইতাও তাওদুনা লৈবসি মিউনিসিপালিটিনা ভোগে হাইদনা তোবা নত্তে মৈতৈ পুরান্না তোহল্লিবনি; চৈংমীনা শেল কোম্না ফংলদুনা লাশিং থাখিদদুনা মোইথাপ নাইনখিদবসি মৈতৈ পুরান্না থোকহল্লবন; বৃটিশপু চৎহনাখবদি প্রজাগী অন্দোলন্না নত্তে মৈতৈ পুরান্না যুগ শুরক্লদুনা তানখিবনি। অদুনা খুড়ানা মৈতৈ পুরানগী ব্রাশিং অাস লাইমক্লা হেক মমাংদা চোংথোক্তুনা হাইরবগুম থাজে।

সুরজিৎকা উখুলদা চৎমিন্নগদৌরিবা মাগী মরুপ মপাং নহা-রোল মথাম অাস সুরজিৎকী ময়ুমদা হন্দক মরক তোইনা তিল্লবসিদা খুরাগ পুরানগী বিদ্যাদু মীঙোন্দ উৎননবগী খুদোংচাবা চপচানা ফংলে সুরজিৎ য়াওদ্রগনা অমুক হেল্লি খুড়ানা মাগী বিদ্যা নিংথিনা উৎপা ঙম্বাস খুড়ানা লোই মখোই নহারোলশিং অসি লাহরিক ফনা তমজরবসু লাইশুদি খংদ্রবা, থোইদোক হেন্দোক্লা মৈতৈ পুরান্দা মমিৎ পাংদ্রবা অঙাং ঙাক্তনি। ঙসি সুরজিৎনা থবক অমা চথোকখিদ্রৈদা তাঞ্জা চারদুনা খুড়ানা নহারোল ময়ামগা পুরানগী ব্রারি শাই। রনজিৎনা ব্রারি তান-তানা ফুরিৎথাওদগী চুরুপকা মৈথেৎকা পুথোক্তুনা মৈথেৎ থক থেৎলগা চুরুপ চম্মি। খুড়ানা মহু উরগা হাইরকই,

"য়েংউদো ইশুশা পুরানগী য়াসিদি, মৈ ফুরিৎখাওদা হাপ্তুনা পুরনি হাইবদু হেক্তা তৌরকইবসিনিদো ।"

কুলজিৎনা নোক্লগা হংলকই,

"খুড়া এখোইনা তৌগদৌরিবসিদি পুরান্দা য়াও-লাক্ত্রা ।"

খুড়ানা খুম্লকই,

"করিগী য়াওদনি, চীং তম চারো মোরো-রনি হাইদুনা কজনা তশেংনা য়াওরিবনি ইশুশা নখোইনা চীংদা চৎলগনে ইপা ইপুগী লাইকমশিংদো য়াম্না ব্যবহার তৌগদবনিকো খুরুমগদবনি। নখোইনা চৎলমদাইদা হয়েং এনা লাইরিক ইদুনা খুগোৎপা তাকপিগে, নখোই কাশুনুকো ।"

কুলজিৎনা হংলকই,

"এখোইগী ইপা ইপুগী লাইকমদি চীংদা করম্না লৈরুরিবনো খুড়া ?"

খুড়ানা খুম্লকই,

"নখোইনা খংদদুনা তৌবনিনে ইশুশা, হাইগে তাও। মণিপুরগী তম্পাক অসিনা ইশিংনা পুমথুম থুমদুনা লৈরিউৈ মতমদা নখোই এখোইগী ইপা-ইপু পুরেন লাকপশিংগী হাক্তক্তা খোগোৎপা চীংথক্তা লৈরম্মিবনি। অদুনা ইপা ইপুশিং অদুনা লৈরম লৈরম্বা চীংশিং অদুদা লাইকম লৈরিবনি। মাঁদুশিংদু চীংমীশিংসু নখোইসু মুম্না খংলগা চীং-তম কাইনবা য়াদে হাইবা খংনা সুংশিনগদবনি।"

মতম অসিদা সুরজিৎ চংলকই। ময়াম অদুনা খুড়াগী ব্রা মুন্না তাদুনা লৈরম্বদু উরগা নোক্ল-নোক্লা হাইরকই খুড়াগী পুন্নানগী মুঙাই মুঙাইবা ব্রারিদু তাদুনা নখোই চীংদা চৎপা কাওনিকো।

কুলজিৎনা খুন্নকই,

"খুড়াগী ব্রারি তারগদুম হেন্না থুনা চৎনিংখে।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

"হংচিৎসি ঐখোই চৎলসি অহানবগীসিদা মী য়াংথৈদমক।ৎখিসি। অদুদগী মথং মথং চংসি। নখোই কন্নি হাইবগে।"

ময়াম্না খুম্মি,

"ঐখোইদি হাইরিমথৈ য়ারবিনি। ওঝাগী ব্রাদা ঙাইরিবনি।"

অহানবা চংকদবা মী য়াংথৈদু খন্দোকপা লোইরগা সুরজিৎনা ময়ামদঃ হাইরকই,

"ইনাওশা নহালমথৈ ঐখোইনা নৈনরকইবা ঙাংনরকইবা লিচং শাজং রাঙাং- শাঙাং, পুকচেন খোইজেন, থবক-ইনথাং অমস্তুং থকসি-থাস নাইবা—পুন্নমক অসি হংচিত্তগী থবক্তা ওম্ফোকপা তারবনিমা ঐখোইন্সা তৌগদোবা থবক অসি মঙ্গল ওইননবা ঐনা নখোইবু ব্রত তরেৎখক ঙাকহন্নিংই"

কুলজিৎনা হাইরকই

"চুম্মি ব্রত য়াওদনা অচোবা থবক পাংথোকপা ঙম্বা লৈতে। ঐখোই পুন্নমক থরাই য়াওনা ঙাকদবনি।"

সুরাজিৎনা অহানবা চংকদবা ভোলুন্টিয়ার য়াংথৈদু কৌথোক্লুনা পরেং লেংদুনা লেপহল্লগা হাইরকই,

"ব্রত তরেৎ অদু ঐ মথং মথং হাইরক্কেকো নখোইনা ঙাকে হাইবা ব্রাশক্কা লোইননা নবুক্লি'দা মুম্না লৌশিল্লু—

১। লেরোইদবা পুপীগা মশক য়েংলোইদবনি ;

২। থবক্তা চিলহাও থিরোইদবনি ;

৩ অচাবা পোত্তা কনাগুম্বনা থোংবা চাগনি ;

৪। নোংমগী চাংমীগা সেবা তৌদ্রমখৈ চারোই ;

৫। মীগী মপোৎ পাম্লোই ;

৬ মীনম্বা ঙাংলোঃ ,

৭। অকিবা লৈরোই

ব্রত তরেৎ অসি নখোই লেপ্পমক ঙাকউকো ইনাওশ। "

ময়াম্না খুম্মি, "ঙাকচগে " সুরজিৎনা অমুক্কা হাইরকই, "ব্রত তরেৎসিগা লোইননা অমগা ঙাকউ ।দুদি হান্নসু নখোইদা হাইখ্রবনি, নাগা লাপহোবাশংগা থবকাস কৈ-ফত্তে চুপ্মি চুমদে করি অমত্তা ঙাংলুগনু ; মাদুনা ঐগা থবাক্ল "

ব্রাশক লোবাস লোইরগা ময়াম কাইনখ্রে, য়ুম অদুদা সুরজিৎকা খুড়াগদা মরেহোরে। সুরজিৎনা খুড়াগী মনাক্তা চংশিনখিনুনা মহাক্ল নহালমখে নিংলকপা খুড়াগাদমক তোরমগে নিংবা থবক্তু হন্দক্তি হাইরগে নিংলে মরমাদ কনানা খংগানি মহাক্কী থবক মতাসদা কারিগুম্বা উথুলদা মহাক্কা ফত্ত-সুংদবা থোক্লবদি খুড়াসি য়াম্না ব্রাহোরগানি। মানা হাইরকই,

"খুড়া, য়ুম ইংখোলসিগা ঐগী লৌ পরি অনিথক লৈবদুগা খুড়াগী মিংদা হয়েংমক ওনশিল্লাস "

খুড়ানা ঙক্লদুনা হাইরকই,

"করিস্থ মরিস্থ থোক্লদানা করিগী ঐগী ইমিংদা ওনশিনগনি!"

স্থরজিৎনা হাইরকই,

"খুড়া, ঈগী মরিদনা মরিরা, স্থংশিবনা খ্বাইদগী কনবা মরিনি।"

খুড়ানা চিংনবদুনা মথৱাই ৱানা হংলকই,

"ইবুঙো, নংবু উখ্রুলদগী হল্লক্লরোই হাইনা খল্লব্রা? অদু তৌরবদি খুড়াদি মাংলেদকো। ঐগী কনা হন্না য়েংবা উদ্রবা মাইকৈ পুন্নমক পুম্মম মল্লবা পুন্সিসিদা নংবুদবু থাওমৈ ওইনা য়েংদুনা লৈজরিবনি।"

স্থরজিৎনা খুম্লকই, করিগী লাক্কনি খুড়া, ঐ ইতত্তুনা লাক্কনি। চিংনবিরুস্থ খুড়া, ঐনা তৌবদি, খুড়ানা অহন্নিনা লাইগী ৱায়েন মতুং ইন্না খুড়ানা হান্না লাইগী খুয়া তানখিনিদো, অদুদা খুবানা ঐঙোন্দা পিবিরম্বা পোৎ ওইনা ফংজনিংদুনা তৌবনি, অতৈগী নত্তে।"

স্থবজিৎকী ৱাঙাং অদুদা খুড়াদু য়ারে, স্থরজিৎনা হংচিৎ উখ্রুল চল্লিৱৈগী হয়েং অসিদা থবক পুন্নমক শিন্দোক্লসি হাইনরে। ইরোই লোইবদা খুড়ানা মখোল নিক্লা হাইরকই,

'ইবুঙো, খুড়াগী সংসারদি লোইরবনিদো, চহিগী মতাংনা হয়েং খংদে ঙসি খংদে, খংহৌদনা নোংমদি থোকপা য়াই। নশা তোইনা লাকপা ঙমদ্রবস্থ, পাওদি তোইনা লৌ।"

স্থরজিৎনা খুম্মি,

"ইশাস্থ লাক্কনি, পাওস্থ তোইনা লৌগনি।"

## অরাতরেংগুবা পন্দুপ

ইম্ফালদগী সুরজিংকা লোইননা থুংলবা কোলুচিয়ার মী য়াংথৈ অচু পুম্না লৈকম লৈতদুনা সুরজিংকী ইমুংদা থর লৈ অতৈনা মাগী য়ুমগী মপান্দা ইংখোল মনুংদা ডম্বুর থন্দুনা লৈ। নহারোলশিং অসি মপোকতৈগী উথুলদা অমুক্তা লাকত্রি। ইম্ফালদগী সুংথিল সুন্দিদাং রাইরম থুংলবদগী লৈকম চাকম শেন্নবা ভুংদা মথোই ময়াম থাবলদা কমদুনা উথুলগী কজবা য়েংলম্মি। রনজিংনা হাইরকই,

"উথুল হাইবা লম অসি কজথেদা শিলোংনা কৈদৌনি। এখোইগী ইরক্তা কবিকতা য়াওরবদি উথুলগী কজবা শৈরেং অমা থোকপা য়াইসে।"

কুলজিত্তা কবিগী নেথা থর-থর লৈ। উথুলগী কজবদুনা পুকথিল ওইনা থুন্নু-লাক্নুবা তৌদানা শৈরেং অমা ওয়ো-ওয়ো থিথরকই,

"মণিপুর মনা লৈবাক্তা
তোয়থিন থাংপি লৈরাংও
অয়াং নোংগোক চিংথৌবা
প্রকৃতিগী শায়োন ওইরিবি
উথুল কৌবি লমদুংশি।

শুমহংপা শক্তম পুদুনা
মহোশা কৌবি লাইরেন্বি
হৈনম-লৈনম চুরবি
নসাইগোন্দা শান্নরি
উখুল কৌবি লমন্দুংশি।
করম্বা লাপথুবা মতমদা
ইমুংবুংদগী কাওরকপদা,
ননাও লৈমা কংলৈবুং
শাগোম্বনা লাকখিবদাই!
উখুল কৌবি লমন্দুংশি।
ননাওনা কোন্নকপা নচাশিং
ইমানা কৌরকপা তাদুনা
ওসি নতম্বাক্তা লাক্লিদো
পলেমগী অমৃত নিঙ্গরি
উখুল কৌবি লমন্দুংশি।

মনজিংনা হাইরকই,

"রেশ রেশ, নহাক্নমখৈ থংদে তাইদি চপচাবা কবি ওইরি পোৎলিদনা সিদে।"

তোলহম্না হাইরকই,

"অচম্বা অশেন্বা নত্তে, শিথোরকপা অশৈবা ফাৎনি।"

মনজিংনা হাইরকই,

"থংম্ব খুত্তাগা চুমিৎ নিনিদং তিন্নবা পুরানগী রাহৈকবা শিজিন্নরক্লবা। তোলমু তাই ইশৈদুম অমা তাবি।"

তোলমুনা রনজিৎকী রাসি তাবগা কোংঙৌ খুদেং অমদা পুং ওইরদুনা কুলিজা ওবাগী থাঙ মাঙোলজাওগী অনিগী স্থরদা পান্দুনা শৈরেং অসি খোংজোং পর্বর ওইনা শক্লকই। মরক অসিদা খরনা চাক থোঙংলি। মতৌ অস্থম তৌনা লংফৈদা নৌনা থুংলবা নহা-রোলশিং নুঙাইনৈ। চাক চাবা তোল্লগা ভুমদ্রিঙৈগী মমাংদা নহারোল মী মঙা শুরগা যাম্না শান্নগনবা মশানদু মখোই মঙা-মঙা পুন্দুনা মতম ঙহাক শান্নৈ। যুম পান্দ্রিঙৈ নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি স নুঙাইবগী মশক ওইবা ঙাক্তা ওই। ভোলন্টিয়ারশিং অসি মযুম থাদোক্তুনা লংখৈদা লাকপদা মবুক্লিংদা কুরিস্থ অরাবা পোক্তে, হেন্নদুম নুঙাইবা ফংই। ময়াম পুনবগী নুঙাইবস্থ ওইবা য়াই। চাইখোক্তুনা খুন খরদা লৈনখ্রগদি মবুক্লিং হল্লকপা য়াই খন্দুনা স্থরজিৎনা মখোই পুন্নমক্তা হাই থা খুদিংগী অানশুবা থাংজ নুমিত্তা মহাক্কী য়ুমদা ময়াম পুন্নমক পুল্লগদবনি অদুগা মানা তৌবা থবক্কী রিপোর্টস্থ পুথোক্তুনা খন্নগদবনি।

নোংঙাল্লগা স্থরজিৎনা মখোই ময়াম্সু চাক ঙন্তোনা পিজন্দুনা পুন্সিবু চিংহল্লগা উখ্রুল সহর য়েংঙউ হাইদুনা থাদোকখি। পুন্সিনা ময়াম্সু পুদুনা উখ্রুল হেড ক্বার্টরগী য়েংবা য়াবা মফম কয়ামরুম য়েংহল্লে। মফমশিংদু য়েংবা চৎন-চৎনা কুলজিৎনা পুন্সিদা হংলকই,

"খুড়া তাংখুলশিংনা মৈতৈবু নুংশিত্রা ?"

পুন্সিনা খুম্মি,

'কুরিগী নুংশিদদগে ইচাসিদে, নখোই মৈতৈনা তাংখুল নুপী অস্রুক য়াম্না লৌখিত্রবসিদি। নুংশিদ্রবদি কদাইদগী মৈতৈদা ওংউ য়াগদগে।"

রনজিৎনা হাইরকই,

"মুপীদনমক মুংশিবা জাৎলা নিপানদি মুংশিদত্রা হাইবা!"

পুন্সিনা খুম্মি,

"নিপাস্থ অডুম ঙাই-শেল থোক্লবনিনা মুংশিনরেদনা।"

কুলজিৎনা হংলকই;

"তাংখুলনা খ্বাইদগী পাম্বা পোৎসি করিনো খুড়া?"

পুন্সিনা খুম্মি,

"হেস্তাক মেৎপনি, তাংখুলদি মোরোক য়াম্না চাগল্লি।"

রনজিৎনা হাইরকই,

"শাওগল্লিনি অডুদি?"

পুন্সিনা খুম্মি,

"ইংথবস্থ য়াম্না থুবনি, 'ইবুঙো' হাইডুনা হেক্তা নেমথবনি।"

কুলজিৎনা হাইরকই,

"ঐখোইদি মখোইগী মরক্তা লৈরুগদৌরিবনিনা মখোইগী মরমদা থর থংনিংডুনা হংবনি খুড়া শাওবা য়াদে।"

পুন্সিনা খুম্মি,

"করিগী শাওনি, অনৌবা লমদা লাকপদি মীগী মওং হংগদবনি।"

কুলজিৎনা হাইরকই,

"মখোই মশেলদি মোৎ অমতা ওইনা মান্নত্রা খুড়া।"

পুন্সিনা খুম্মি,

"মপানগী মীনদি মানবোই নিংবনি মমুংদদি মখোই মশেল মোৎ ইতিন তিন্নদবনি।"

কুলজিৎনা হংলকই,

"খৃষ্টাম ওনবা কাংবুগা ওন্দবা কাংবুগদি তিন্নবা য়াব্রা ?"

পুন্সিনা খুম্মি,

"মখোইনা ঐখোইবুদি লাইনিংদবমি হায়দুনা থওইদে অতুগা মখোইদি লাইনা য়াদবা থবক্ত ভোই। নোংমাইজিং সুমিত্তা লাইশংদা চৎলগা কোকই হায়রে।"

রনজিৎনা খুম্নকই,

"লাইদু হকথেংননা উন্নরবনিশা কোক্লম্বা য়াই।"

ঙাংন-ঙাংননা অসুম য়েংদুনা লাকপনা য়েংকম লোইশিল্লক্রে। অদুদগী পুন্সিনা ময়াম্বু উখুল খুঙ্গাও য়েংনবা হাইদুনা চীং কাখৎলক্রে। য়াম্না শাংনা কাদে মতেক খরদং কারগা উখুল খুঙ্গাও লৈরম্মি। পুন্সিনা ময়াম্বু খুল্লাকপগী য়ুমদা পুশিল্লি। য়ুম অদু খুল্লাকপগী ময়ুম্নি হাইবা চপ চাই, য়াম্না চাওই চিরোং থেংলি। খুল্লাকপগী শাগে মথৌনা মীনা খংজসন্নু হাইবগী মতাগুম মখোই মপা মপু হাক্তক্লগী য়েক্লবা মী কয়া, তমথিবা শা-কৈ কয়া হাৎলম্বগে হাইবা খংনবা খুদম ময়াম্না পরেং লেংদুনা খুল্লাকপগী য়ুমজাওগী থোংজিন মথক শন্দংখা মখা অদুদা থেংলি। খুল্লাকপনা মহাকী য়ুমজাওগী থোংজিন হেক চংবদা লৈবা অচৌবা কা অদুদা ভোলুন্টিয়ার ময়াম্বু কমহন্দুনা চা পিথকই। মখোইনা হয়েং খুন খুন্দা চাইথোক্লগা লৈরবা মতমদা খুন-খুন অদুগী খুল্লাকপগা য়ানবা চৎলু হাইনা খুল্লাকপনা ময়ামদা পাওতাকপি। খুল্লাকপগী ময়ুমদগী ভোলুন্টিয়ার ময়াম সুরজিৎকী য়ুমদা হল্লক্রে।

সুরজিৎনা স্কুলগী ওবা অতৈশিং অমসুং ছাত্রশিংগসু তান্নদুনা ভোলুন্টিয়ার ময়াম অসিনা থবক তৌরুকম লৈরুকম অদু খুন কয়া মরুমদা শিন্দোক্কুনা মরি লৈনবা ওবাশিং অমসুং ছাত্রশিংগী চিঠি অমমমগা লোইননা ভোলুন্টিয়ারশিং মথংগী নোংমা কোনবা অদুদা মাগী মাগী লৈকম থুংবা মফমদা চৎহনখ্রে।

ময়াম অদুনা কোইরাং লাংদুনা লৈরিঙৈদা ময়ামদুগা তিন্নদুনা য়ারি য়াতাই শাবদুদা পুন্সি য়াম্না নুঙাইরম্মি। মখোই ময়াম চৎখিদুনা ইচিক চিকহৌবা অদুদা মথন্নাই ইনুং নুঙাইতে। সুরজিৎনা মাগী মতৌদু উন্নগা থা অমা হেক ফাবদা মখোই ময়াম অমুক লাকখিনি অদুদা অমুক নুঙাইমিন্নৌ হাইদুনা পুন্সিবু থেমজিন্নি।

## তরানিপালশুবা পন্দুপ

ইশাবেলগী মমাগী পাও অদু পুন্সিনা তম্লৈঙেদগী উইলিয়ম অসি, নহালমখৈ মবুক্লিংদা আশা অমতং থাজনা লৈরম্বদু, নিংবা খর কাইরক্লে। মবুক্লিংদা অসুম মওল মওল খল্লগা সুরজিৎপু হাইহল্লবদি উপায় অমা লৈসে অদুনদি সুরজিত্তা চংজরগে হাইনা খল্লক্লে। সুংশি মশুং লাঙ্গিনি হেক ঙম্বা লম্বীমখৈ হোৎনদুনা য়েঙ্গে খল্লদুনা সুরজিৎকী ময়ুমদা নোংমা লাকই। সুরজিৎনা তরাম তরাম কৌশিন্দুনা কমহল্লি। উইলিয়ম ঙসিদি খর নোল্লুক্না সুরজিৎপু ব্যবহার তৌই।

উইলিয়মম্না হাইরকই,

"ওঝা, ওঝাবু হন্দক নাগা লালহৌবশিংনা ফারুবদু ঐখোই ওস্থোক্না ইকাইখ্রে, ঐখোইসু নাগা মশেম্লিনা—।"

সুরজিৎনা খুম্মি,

"এঃ করিসু লৈতে মিষ্টর উইলিয়ম, থোইদোক্না ফাবগী ৱা লৈতেদা, মখোই ঐখোই উম্লবা য়াইনা কৈদোগে।"

ঙহাক মরাই লুকথনা খল্লগা মমাই হাইগৎলক্কুনা সুরজিৎপু মুম্না য়েংলগা উইলিয়মম্না হাইরকই,

"ওঝা, ওঝানা ঐগী থবক অমতা তৌবিয়ু, মপোক অসিমগী ওঝাগী লমন তোনবা ওইজগে।"

সুরজিৎনা চিংনবপ তৌনা থম্লকই,

"ঐনা ঙস্না ওইরবদি করিগী নংগী নতেং পাংলোইদগে মিষ্টর উইলিয়ম করিনো হাইয়ু।"

উইলিয়মনা মথৱাই হাইফেৎ নুঙাইনা হাইরকই,

ইশাবেলাস ঐঙোন্দা ময়ুম পান্নবা ওঝানা অমুক্তা থর হাইবিয়ু"

সুবজিৎ ৱা ভাংফম খংদে উইলিয়মগী মতৌ অদুদা নুংশিবা অমা পোকপগা লোইননা হাইরকই,

'ঐনা হাইরগনি মিষ্টর উইলিয়ম, অদুবু মশানা য়ানিং দ অদুগা যেংঙোই 'চঠিসি পাওসে", হাইদুনা ইশাবেলনা মাঙোন্দা নহানৱাই শিরোইদগী পিরকপা পুন্সিনা পুরকপা চিঠিদু মথক থংবা শরুক মাঙোন্দা হাইরকপমথৈ মুথৎলগা উইলিয়মদু পল্লকপা মতাং অদু মথৈ উইলিয়মদু পাহল্লি। চিঠিদু পারগা উইলিয়ম নিংবা কাইবগা শাওনিংবগনা লুতোন শাৎখে। মরমদি মুথত্তবা শরুক অদু মানা পাবা উবগুম মুথৎখৎবা শরুক অদুসু সুরজিৎ ইশাবেল অনিগী নুংশি-নুংওনগী ৱা ওইরমগনি হাইবা ময়েক য়াওদনা শেংনা পাবা ঙম্মি। উইলিয়মনা মমাই ঙাংনা শাওনা হৌগৎলগা "হুং মাগুম্বনসু ঐঙোন্দা তাকপিবা শারি,— চৎলগে ওঝা" হাইরল্লগা মপান থোকখে। সুরজিৎ উইলিয়মদু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

উইলিয়মনা লম্বী চৎন-চৎনা ৱাথল তৌই। মাগী ৱাথল অদু ইচোই চোইরে। মচিন্দা শোল্লি, "সুরজিৎ করিগী নংনা ঐগী লৌরি য়ুম্ফম-কাদা য়েৎলরিবনো — তমদা শাৎপা মানা চীংদা

শাৎপা লৈ হেক্কে হাইবা— ঐগী থরাইদা মিহুল অমতং হুল্লি-ক্বাওবদা কদৌঙৈদসু হেকহল্লোই। (ঙহাক তুমিন লৈরগা অমুক মচিন্দা শোল্লি), ইশাবেল, ঐগী নিংবা কাইবা সুংশিবগী মৈ অসিনা ইথন্দবু চাক্লোই, নখোই অনিবুসু উৎ ওইনা চাকহনগে, মাদু ঙম্বা উইলিয়ম্নি ” মচিন্দা মুকুম মুকুম শোন্না সিরাপশিং অসি তৌদুনা অসুম লাকপদা অরাপ্পদা লম্বী অতোপ্পা অমদা ইশাবেল চৎপা উই। নহাক্লমখৈ মহাক্কী মশক উরগা মথরাই সুঙাইনবা অমসুং মঙোন্দা রা ঙাংলগা মবুক্লিং পেপ্পক্কম ওইরম্বা ইশাবেল অদু ঙসিদি উইলিয়মগী মমিত্তা হেক উবদা হাৎনিংবা মহু চেনবা লীন ওইনা উরে। মানা খংই ইশাবেল সুবজিৎকী ময়ুমদা চৎলিবনি। “ঙসি মবাম্নি পুল্লিঙৈদা লেম্না থাররোই” হাইনা মবুক্তা লেপ্পদুনা ময়ুমদা থুনা য়াংনা খুৎলাই লৌবা চৎখ্রে।

উইলিয়ম চৎখ্রবা তুংদা সুরজিৎ মথন্দা মাগী য়ুমগী শুমাং-দুদা ক্কমদুনা রাখল তৌই, মবুক্লিংদা চিংনবা পোকই। উইলিয়ম অদুনা মথোং চাদবা মীনিনা ইশাবেলদা করিগুম্বা লমন খুম্বা থবক তৌরকত্রা হাইনা মবুক্লিংদা চিংনবা পোকই। মতমদু সুমিদাংরাইরম ওইশিল্লক্লে। উইলিয়ম্না ক্কম্লম্বদগী হৌগত্তুনা শুমাং অদুদা হক্তৎহন্দা চত্তুনা মবুক্লিংদা মথক্কী রাখল অসি হঙ্গিন-হঙ্গিন খল্লিঙৈদা ইশাবেল লাকই অমসুং সুরজিত্তা ব্যবহার উৎলি,

“গুড ইভনিং সার”

সুরজিৎনা ওকই, “গুড ইভনিং ইশাবেল, লাকউ, ক্কম্লো, করি থবক লৈবগে ?”

ইশাবেলনা হাইরকই,

"ওঝাগা লোইনরকপা ইস্কালদগী ময়াম লাকপদু উম্নগে লাক-পনি, থবক অতৈ থোইদোকপা লৈতে।"

সুরজিৎনা খুন্মি,

"মখোইদি উখুল য়েংবা চৎখি, হন্নক্রগা মখোইগা ৱারি ৱাতাই শাও।"

ইশাবেলনা হাইরকই,

"ওঝাগী হন্দক্কী থবকসি য়াম্না ফথে, মহৌশামথৈ চীং-তম অমতা ওইনা লৈরকপদু অমুক হেন্না সুংশিনবা চেৎশিন্নবা হেল্লগনি খল্লুবদা সুঙাই।"

সুরজিৎনা হাইরকই,

অদুক চাওবা থবক্তুমক ঙমদ্রবসু নংনা ইতত্তনা হাইবা "ঐদি চীংমী ওইনা পোকপনিনা" হাইবা ৱাথল অদুমক্তংদা ওই-রবসু কোকহনবা ঙম্নবা হোৎনরিবনি।"

সুরজিৎকী ৱা তাবদা ইশাবেল মথৱাই হরাওজে, নোককেৎ তৌনা সুরজিত্তগী মমাই লৈথোক্লগা হাইরকই,

"ওঝা, খুড়া পুন্সিনা ওঝাদা করি করি পিরবগে?"

সুরজিৎনা ইশাবেলনা হংলিবা পোত্তু করিনো খংলদুনা হাইরকই,

"নংগী চিঠিদু ফংলে। উইলিয়মগী মতাংদু মাঙোন্দা য়েং-হনখ্রবনি।"

ইশাবেলনা ইকাইবগা অঙকপগা য়াম্না হাইরকই,

"অদুনা ওইবা তারে, এৈনা হৌজিক লাকপদা লাপ্তক্লা উববু ওঝা উইলিয়ম অদু মহৌশাগা মতৌ মান্নদে, মথন্নাই নুঙাইতনা চৎখিবোইনা তৌই"।

ঙহাক তুমিন লৈরগা সুরজিৎলোমদা নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংলগা মখা হংথরকই,

' ওঝা, মতাংদুগীনা অদু ওইরে, অতৈ শরুক্তুনা কমদৌবা—?" হাইরগা ফিক লাওনা নোক্তুনা মমাই লৈংথাক্তুনা ইকাইবা খাংই।

সুরজিৎনা চিঠিদু উৎলগা হাইরকই,

"অতৈ শরুক্তুগী ময়েক্তি এৈনা লোইনবা মুথৎখ্রে, মচাক্লা এৈগী থম্মোইদা থমখ্রে।"

ইশাবেলনা মাবু থওইবিদবোইনা লৌদুনা ইকাইবগা নিংবা কাইবগনা লুতোন কাখিদুনা মখোল তনিক-তনিক তৌনা হাইবকই,

"ওঝা এৈনা নহালমথৈ ওঝাগী মরমদা থঙ্গরকপা ময়াম অসি অরেম্বা অরানবা ওইরবরা ওঝা?"

সুরজিৎনা খুন্নকই,

"অরানবা ওইরোই ইশাবেল, নংনা শেরান্ননা খনগন্নু; অতৈ অসি এৈনা মুথৎপদি উইলিয়ম্বু উহনবা ফজদে হায়দুনা তৌবনি।"

ঙহাক রাখল তৌরগা মখা তারকই,

"য়েঙোই, ইশাবেল এৈগী জুরিদা হৌরিবা মপুং ফানা পোন্নবা শিরোই লিলি অসিনা মতম ঙাইবগী অরা-নুঙাইগী মরক্তা নুংশাগী মঙালগা লোইননা শাকাইগদৌবগী মিকুপ ঙাইরিবা অসিগুম এৈগী থম্মোই অসিসু ইবান্নি নিংনবগী অফোংবা মঙালদা মরোল থোকপা য়াবা মতম রানা ঙাইরিবনি।"

ইশাবেলগী মথৱাই অমুক হাইফেৎ লুঙাইগুম তৌই মৱমদি করি হাইৱিবনো হাইবদু চপচাবা লেপ্পা ঙমদ্রবস্তু মাবু লুংশিদবদি নত্তে হাইবদু মখৈদি মানা থংলে। সুৱজিত্তা য়েংলগা হংজৱকই,

"ওঝাগীসিবু শন্না অৱাইবা ৱাহৈদা হাইবিবা য়ারোইদৱা ওঝা!"

সুৱজিৎনা হাইৱকই,

"ইশাবেল, মীগী থম্মোই চিংশিন্নবসি মপানথোংগী থূৱ মান্নবদগী অমা নত্ৰগা খেন্নবদগী অমা অহানবদা থোক্কল্লি। নাগা কৌবা মান্নে হাইদুনা নখোইগী মী খৱনা নাগালেণ্ডগী মীগা তিন্নিংইবা অদুগুম নহাক্না ঐবু পান্নিবা অসিসু নংনা চীংমীনি ঐনা মৈতৈনি হাইবগী খেন্নবদগী পান্বা ওইৱবদি মতুংদা অফবা ওইৱোই। মতম কুইনা তিন্নগদবা মীদি বুদ্ধিতানা মশক মগুন মুন্না থংলগা তিন্নবা ফৈ। অহানবদা লুংশিননা হৌথিবা ইমুং কয়া মতুংদা শাথিনা কাইনবা য়াওই, মচামশুগী মৱিনা পুনখিদুনা কাইনবমক ঙমদ্রবস্তু মবুক্লিংদা থাইবুং থাইবুং তৌবা ইমুং কয়া অমসু য়াওই। ঐদি চহিগী মতাংনা সংসাৱগী জ্ঞান হাইফেৎ লৈৱবনি, অদুগা নংদি অঙাং ওইৱিবা ৱাখল য়ৌদ্রিবা মীনি। নশানা মতিকচানা বুদ্ধিতানা ৱাখল তৌবা ঙম্লবা মতমদা করি ওইৱক্কদগে খংদ্রি। অদুনা হৌজিক ঐনা নঙোন্দা মপানগী থম্মোইগী ইৱাংনা নবুক্লিং পংথৌ থৌগৎপা পামদে। অদুনা মতম চাৱবা কালদা নংগী চিঠিগী পাওখুম পিৱক্কনি।"

ইশাবেলনা কেথোকচবা ওইনা করেম্নৱকই,

"ই-ইস ওৱা ওইবদগী স্নম পরীক্ষা লৌবদা হৈনবিরবা রা ওইরে।"

মবাম্মিনা অসুন্না রা ঙাংনরিবৈদা উইলিয়ম্না ময়ুমদগী নোংমৈ লৌরক্লগা ঙসিদি সুরজিৎ ইশাবেল অনিমকী মথরাই মতম অমুক্তদা লৌরগে হাইনা মবুক্লিং অরেপ্লগা লোইননা খোংগাপ থুনা মমাং-লোমদা লাকপদু মখোইনা উহোদে। লম অনিদং রাৎলিবৈদা উইলিংম্না চপ লেপ্লদা মী লাকপগী শয়ুম তাদুনা য়েংথোকখিবদা সুরজিৎনা অকনবা মমিৎ ঙাংবা শকক্ম পুদুনা নোংমৈ কাপকদবগী ফিভমদা লেপ্তনা লৈবম্না উইলিংমু উই। মতম অদুমক্তদা সুরজিৎকী য়ুমগী মনিংলোমদগী নাগা লালহোবা পাখং অমা তাংখুল কি ইন্দুনা ফিমুংদা নোংমৈ লোগুনা পাইরগা পরপ পরপ চংশিল্লকপনা য়ুমগী মমাংগী দারি মচিন য়োরে। পাখং অসি নহাল সুরজিৎনা নাগা লালহৌবশিংগী কৈশুমখংদগী অহিং অখেংবদা চেল্লকপা সুমিৎ অদুদা মাবু সন্নি তৌরম্বা মীদুনি। মহাকী মথক-খোংবা অফিসারনা সুরজিৎ চেনখিবগী দায় মাঙোন্দা নল্লে। হুকুমদি মানা সুরজিৎকী মথরাই লৌবা অমা, মাদু ঙসদ্রগা মশানা অকনবা দণ্ড ফংজবা। মানা সুরজিৎকী মথরাই লৌনবা তাঞ্জা য়েংদুনা সুমিৎ কয়ানিরুম শেম্নরক্লবনি। ঙসি তাঞ্জা চারে হাইদুনা অমম্ অঙান শিম্নবা মতম অসিদা মনিংলোমদগী ফাওগৎলক্তুনা লাকপনি। মহাক্লা চংশিল্লকপসিসু সুরজিৎ অংসুং ইশাবেলনা উহোদে।

সুরজিৎনা উইলিয়মদা র হংবা নংদ্রিবৈদা উইলিয়ম্না ইশা-বেলগী থজিল তম্না নোংমৈ কাপ্লে। ইশাবেল গুলিনা পানবদা

ফিংনা "ওবা" হাইনা কৌরম্নগা লৈবাক্তা হাইখরে, খুদক্তা মথম্নাই চুপখ্রে। উইলিয়মনা সুরজিত্তা অমুক কাপকে হাইনা লৈম্নকপদা সুরজিৎনা খুদক্তা মখা লৈখোক্লুনা উইলিয়মগী মখুত্তগী নোংমৈ কম্নে। উইলিয়মনা ইশাবেলদা নোংমৈ কাপ্পা অদুগা হেক থংনবা সেকেণ্ডদা নাগা লালহৌবা পাখং দারি মচিন্দা লেপলিবা অদুনা সুরজিৎ তম্না নোংমৈ কাপ্পম্নগা চেনখ্রে। সুরজিৎনা উইলিয়মগী মখুত্তগী নোংমৈ কম্বুনবা মখা লৈখোকখিবা মরমদগী সুরজিৎনা লেপ্পম্বা মপাদু উইলিয়মনা চপচানা খোল্লুনা নাগা লালহৌবা পাখং-দুনা কাপ্পম্বা গুলিদুনা উইলিয়মগী থবাক্তা পান্দুনা উইলিয়ম লৈবাক্তা হাইখুদুনা তাই, মচিন্দা "ওবা' ঐবু ঙাকপিয়ু" হাইরম্নগা মথম্নাই চুপখ্রে।

সুরজিৎনা ইশাবেলবু মতম্বাক্তা লোৎখংলগা মমাইদা কুপ্পিবা মশম অদু মখুৎনা তপ্প-তপ্পা হাইদোকপিরগা ইশাবেলগী মশক অদু সুম্না য়েংই; মমিত্তগী খাম্বা ঙমদ্রবা পি চদুম-চদুম তারকই; মচিন্দা শোল্লকই,

"ইশাবেল, নংনা ঐগী থম্মোইদা মপোক অসিমগী মুখৎপা ঙম্মরোইদবা মৈ অমা চাকহন্দুনা থনম্নেদকো।" খুদক অদুদা মনা-কোংদা মমাংঙৈদা ইশাবেলনা চীংখাদগী ইশিং শোকপা কারকপদা শকখিবা ইশৈদু মখোল শেংনা থম্মোই কাইনা তাবগুম তৌই।

মতুং নোংঙানবগী অথুক ঙস্তাদা সুরজিৎ অদু গেরুয়া ফিজেৎ শেত্তুনা শিরোই তম্না চৎখি হাইনা উহৌবা মীনা হাইনহৌই।

## লোইরবা

# অরানবা চুমথোকপা

| পেজ নং | মথক্কী পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২৪ | ১১ | শেমতিংহল্লগাগৎ | তিংহল্লগা শেমগৎ |
| ৪৫ | ১৮ | সাহেবমনাই | কাখুরোং |
| ৪৮ | ৮ | তৌরকপসিনবু | তৌরকপসিনবু |
| ৫৪ | ২০ | লিথবা | সিথবা |
| ৬০ | ১৮ | অত্থু তৌবদা য়াম্না | অত্থু তৌবদা য়াম্না |
| ৬৪ | ১৭ | নফমদসু | নফমসু |
| ৬৭ | ১৫ | সোরদা | স্বরদা |
| ৬৮ | ১১ | শোইরেদো | শোইরোইদো |
| ৮০ | ১১ | সরাকারসি | সরকারসি |
| ৮১ | ১০ | মথুক্তা মীগী | মীগী মথুক্তা |
| ৯৪ | ১৮ | মসিন | মিসন |
| ১১২ | ২ | কুলিজাওবগী থাঙ মাঙোনজাওবগী | কুলিজাওবগা থাঙ মাঙোলজাওবগা |
| | ১৩ | অদুগা | অদুগা মানা |
| ১১৪ | ১৩ | শাগৈ | শাগৈগী |
| ১১৯ | ৫ | উখুল য়েংবা চৎখি, | থা-মুক লৈরগা হল্লকনি, |